মহাকবি কালিদাস

---

# রঘুবংশ

( অহানব - অনিশুব সর্গ )

শ্রীলৌরেম্বম ইবোয়াইমা সিংহ

শ্রীঃ

মহাকবি

শ্রীকালিদাসগী

# রঘুবংশ

মহাকাব্য

অহান্ব অমস্থুং অনিশুব সর্গ

লৌরেম্বম ইবোম্চাইবা সিংহ

ডি মণিপুর কো-অপরেটিভ পব্লিশিং সোসাইটি লিমিটেড
ইম্ফাল ।

# ভূমিকা

রঘুবংশ অসি মহাকবি কালিদাসগী অকাওব মহাকাব্য অমনি। মসিদা ভগবান রামচন্দ্রগী পূর্বপুরুষশিংদগী— মহারাজ দিলীপকী হৌবা বিবরণ অহুগা রাঘবগী জন্ম, বিবাহ, রাবণ জয়, অযোধ্যাদা হলকপা অমসুং রাজ্যশাসন বর্ণন তৌরি। গ্রন্থ অসিগী লোইরমলাইদা রামচন্দ্রগী বংশধরগী মরমদা ইরি। মতু লাইরিক অসিগী মুমকম ওইরিব রামায়ণদগী খর খর থেংনে।

'রঘুবংশ' রঘুগী বংশগী রাজারিনি। মহাকবিনা রঘুগী মপাবুং দিলীপকী হৌরি। সর্গ অহাম অমসুং অনিশুবদা রঘু পোকপগী হেক মমাংগী ঘটনাশিং ইরি।

অহাম সর্গ—দিলীপ, সূর্যবংশগী মমিংচংপ নিংথৌনি। করিগুম্বা ঘটনা অমদা মহাক্না, থওদনা স্বর্গগী কামধেনু, সুরভীগী মকমদা লোয় লওজরম্মী; মতুদা সুরভীনা শাপ তৌরম্মী;— "লোয় কোকপগীদমক মণ শেষ ওইনা ঐবু পেলহল্লিবমথে নচা থাজা পানগনু,"—শাপ অসিগী বিবরণ মহাক্কি থওজলমদ্রে; অদুনা মচা পোক্লমদে।

মচা পোকপসি মহাক্কী চিন্না চিন্তা ওইরম্মী। মথৈদা মহাক্কী কুল-পুরোহিত বশিষ্ঠদা মচা পোকপগী মরম হংজগে হায়না মহাক্না থলম্মী। মহাক্না, মহারাণী সুদক্ষিণাগা লোয়নন। মুনি-আশ্রমদা চংখি অমসুং হুং-দাংবাইরমদা 'মুনি-আশ্রম য়োংখি। মুনিনা মঙোন্দা শাপ অদুগী মরম তাক্লম্মী অদুগা সুরভীগী অশাওবা শান্তিনবা ঙম্মো হায়রম্মী।

অহুবু ম্বরভীদি মতম অহুদা লাম কংদবা অমস্তুং চঙবা ঙমদবা মকমদা লৈরম্মী। লাইবক ফবনা মচাম্নুপী 'নন্দিনী' দি মুনিগী মখোম ঙম্বী মম্বী ওইরম্মী। মমাগী মহুত্তা মচানুপী নন্দিনীবু পেম্নবা তৌরবদি পেম্বীগনি হায়না রাজাদা তাক্লম্মী, অদুগা মহারাণীস্থ সেবাকবা য়াওবা তাই। অহিং অহু লেপ্লগা নোঙাম্বদগী রাজ-রাণীনা নন্দিনীগী সেবা হৌখি।

অনিশুবসর্গ — রাজা দিলীপনা নন্দিনীগী মতুংইন্না কোম্নচৎ চত্তুনা সেবা লুনা চেকশিন্না তৌরম্মী। মম্বীনা মহাকপ্প পরীক্ষা তৌবদা পেল্লহুনা মচা 'রঘু' পোক্নব বর পীরম্মী; অদুগা সূর্য্যবংশবু রঘুবংশ কৌখিবগী রিবরণ ব্যাখ্যা তৌরম্মী। মুনিনা নিংখোবু মরৈপাক্তা হনহনখি। থুনা সুদক্ষিণা মহারাণী গর্ভবতী ওইখি। সর্গ অসিদা দিলীপকী 'আত্মত্যাগ' গী লেম্নব ঝারি কবিগী মৌলিক কল্পনাগী মহা-লংলব খুদম য়াওরি।

অরুব শব্দ অমস্তুং কাব্যাংশগী ব্যাখ্যা পরিশিষ্ট (ক) দা হাপ্লি। অদুগা (খ) দা মসিদা য়াওব অলঙ্কার মথৈস্থ শন্দোক্লা ইরি।

মণিপুরী সাহিত্য ভাণ্ডারগী কাচিন অমদা তাদ্না লৈনবগী মণিপুরী শৈরেং ওইনা অনুবাদ তৌজবনি। দোষ-গুণ সুধী পাঠকশিংনা নিজ-গুনা ক্ষমা তৌবিগনি। ইতি

অনুবাদক

শ্রীএল, ইবোয়াইমা সিংহ।

খুদম

| | |
|---|---|
| বিভক্তি | বি: |
| তৎপুরুষ সমাস | তৎপু: |
| মস্তুংসংহিতা | মস্তুসং |

# সূচী-



## BIBLIOGRAPHY


রঘুবংশ ১ম সর্গ— অশোক নাথ শাস্ত্রী
রঘুবংশ ২য় সর্গ— সারদারঞ্জন রায়।
অমর কোষ— চৌখাম্বা —Edition
ভগবদগীতা — অনিশুবা অধ্যায় A shastri
রামায়ণ বসুমতী Edition.
অগ্নিপুরাণ—
মহাভারত কালীপ্রসন্নসিংহ
ছন্দোমঞ্জরী— Edited by Dr. D, K. Kanjilal.
অলঙ্কার জিজ্ঞাসা—শুদ্ধসত্ত্ববসু
অলঙ্কার চন্দ্রিকা —শ্যামাপদ চক্রবর্ত্তী
বিষ্ণু পুরাণ—গোরক্ষপুর Edition.
মনুসংহিতা—
পাতঞ্জল যোগ দর্শনম—
ব্যাকরণ কৌমুদী—
শব্দকল্পদ্রুম—
প্রতিমা নাটকম— অশোকনাথ শাস্ত্রী।


## অরাবা চুমথোকপা

| লামাই পরেং | অরাবা | অচুবা |
|---|---|---|
| ১—৬ | সূর্যদগী | সূর্যদগী |
| ২—৯ | রঘূ | রঘু |
| ২—১৪ | বেদপুৰে | বেদপুৰে |
| ৫—১৯ | যূপচিহ্ন | যূপচিহ্ন |
| ৯ ২০ | নাওবা-পুৰ | নীওব-পুৰ |
| ১১—১৩ | মহাক্ক | মহাক্কা |

| লামাই পরেং | অরাম্ব | অচূম্ব |
|---|---|---|
| ১২—১৬ | মা-মক্ক | মা-মক্কা |
| ১৩—২৪ | উমংলাইনা | উমংলাইনা |
| ১৬—৯ | খংহৌদনা | খঙহৌদনা |
| ১৫—২৪ | পুণ্যচেষ্বা | পুণ্যচেষ্বা |
| ১৭—২৪ | শূত্রিল | ত্রিশূল |
| ১৭—৮ | বাবা | ব্বাবা |
| ২৮—১৯ | মীথুংদি | মীথুদিং |
| ২৯—১২ | মিংথ্যা | মিথ্যা |
| ৪১—১৬ | মহাভুত | মহাভূত |
| ৪১—১১ | মহাভুত | মহাভূত |
| ৪৫—৯ | ঐরাবতনি | ঐরাবতীনি। |
| ৪৫—১৭ | সমস | সমাস |
| ৫৬—২২ | অচার | আচার |
| ৫৯—৮ | যজ্ঞ | যজ্ঞ |
| ৬১—১৬ | সুর্য্যব শগী | সূর্য্যবংশগী |
| ৬২—১৯ | ইচা-সুপীবু | ইচা-নূপীবু |
| ৬৩—১৫ | তৌন | তৌনি |
| ৬৩—২৩ | যঙ্গোষ্ফবা | যঙ্গোষ্কবা |
| ৬৪—১৯ | থ | থা |
| ৬৬—১৮ | দাষ | দোষ |
| ৬৮—১৩ | সঃ দঃ | সাঃ দঃ |
| ৬৮—১৯ | সধু | সাধু |
| ৬৮—২১ | আশীবর্াদি | আশীর্বাদ |
| ৬৯—১৪ | যজ্ঞবল্ক্য | যাজ্ঞবল্ক্য |
| ৬৯—১৯ | রাজচহ্ন | রাজচিহ্ন |
| ৬৯—২০ | নিথোগী | নিংথোগী |
| ৬৯—২৬ | ববোক | কবোক |
| ৭০—৫ | মধ্যপ াঙবা | মধ্যপদমাঙবা |
| ৭০—৫ | কর্মধবর | কর্মধারয় |
| ৭০—৯ | হুংদা | হুংদাং |
| ৭০—২২ | লা | লাই |
| ৭১—১২ | মহেম্বা | মীহেম্বা |
| ৭২—৬ | মা-মশিংদা | মনা-মশিংদা |
| ৭২—১৬ | গজদা | গজাদা |
| ৭৭ ১৬ | তোজান | তেজোন |
| ৭৭—২১ | শ্লষ | শ্লেষ |
| ৭৮—১৯ | অম | অমা |
| ৭৮—১৯ | বিশেষণন | বিশেষণনা |
| ৮০—৯ | সধক | সাধক |

# রঘুবংশ

## ওঁ নমো ভগবতে বাসুদেবায়

### অহানবা সর্গ

শব্দার্থগুম্ পর্ক্শিন্নবা শব্দার্থ মুন্না থওনবা
থুরুমজৈ হর গৌরীদা জগৎপুম্বৈ মমা-মপা ॥ ১ ॥
সূর্য্যদগী পোক্লবা বংশ অকুনা কদায়দা।
বিষয় খুরত থংজবা ঐগী বুদ্ধিনা কদায়দা।
জ্ঞান তাদব মরম্না লান্ভম্দবা সাগরবু।
লানগে নিঙলি ঐহাক্তুম ইরাই লায়না পোওনবু ॥ ২ ॥
কবিশিঙ্গী মিংচৎপুদি পাম্মুবশারি অপঙবা।
নোক্লকম্বুদি ওইগনি করিগীবুদি থওদবা।
য়াং চাউরবা মীশিংনা কংনকম থোকপা মহৈদো।
থাক্লেম্বদি ওইরগা থুং থাক্তুনা লাম্মাদো ॥ ৩ ॥
বজ্রনা হুৎপা মণিদা অথোৎপা লংনা চঙ'গুম্না।
মমাডৈওগী জ্ঞানীশিংনা লেংবিরম্ব য়াহৈতনা।
বংশ অসিগী মমুংদা চঙ্গদোরিদো ঐহাক্না ॥ ৪ ॥
পোক্পদগী শেংলক্লবা মহৈকংবা কাওবা শূবা।
সমুদ্রয়োবা পৃথ্বীগী অধীশ্বরবু ওইরম্বা।
রথগী লম্বী মথোয়গী স্বর্গ য়োনা লৈবিরম্বা ॥ ৫ ॥
বিধি কায়দনা থাম্বিদা আহুতিবু কৎপিরম্বা।

অনীবা মীপুম থূদিংদা অপাম্ অপাম্বা পীরম্বা ।
অপরাধ মতুংইন্না কণ্ডলিবি তৌখিনবা ।
মতম চানা কর্ম্ম পুম্ব তৌনবগী হোৎনরম্বা ॥ ৬॥
য়েম্থোক্লবগী লস্তান্বা লত্যাগীতা য়াঙাঙশম্বা ।
মিংচৎকীদমক ঙম্লিংবা মঙ্গাঙ্খকমক য়ুম্লাম্বা ॥ ৭ ॥
অঙাং মতমদা বিদ্যাতম্বা মথোক্কাবদা বিষয়চাবা ।
অহল মতমদা মুনি ওইবা মমৈদা যোগনা দেহ থাবা ॥ ৮ ॥
রঘু বংশ কীর্ত্তন তৌগে থজিক্কো থঙবা ঐহাক্না ।
মথোয়গী মগুন তাবদা তথক্পগুম থৌপামহুনা ॥ ৯ ॥
গুণ দোষ মুম্না থঙব জ্ঞানীশিংনা তাদৌষনি ।
অক-ফত্তবা সনাগী মৈতদা চাং য়েংনষনি ॥ ১০ ॥
বৈবস্বত মনু কৌবা জ্ঞানীশিংনা পূজা তৌবা ।
বেদপুম্বে প্রণবগুম্ পালম্মী নিংথৌ অহানবা ॥ ১১ ॥
মাগী পবিত্র বংশদা পোক্লম্মীদো হেন্না শেংবা ।
রাজচন্দ্র দিলীপ, কৌবা ক্ষীরনিধিগী থা-গুম্বা ॥ ১২ ॥
থবাক কনবা মরেং হুনবা ময়েপ রাংবা পাম্বোম চোনবা ।
মথৌদাং ঙম্বা দেহদা ক্ষেত্রিধর্ম্ম চংজম্লাম্বা ॥ ১৩ ॥
খ্বাইদগী রাংব-কলব তেজপুম্বা নম্বা দেহনা ।
সুমেরু চীঙ্জাও মতৌগুম ঙাল্লম্মী পৃথ্বী লাক্তুনা ॥ ১৪ ॥
মূর্ত্তিচানবা বুদ্ধি নৈ বুদ্ধিগনা শাস্ত্র থম্ভিও ।
শাস্ত্রনা য়াবা থৌ হৌই থৌহৌবচানা পাঙথোক্কই ॥ ১৫ ॥
কিব-খেঙবা রাজগুম্না লৈতেংলবা দিলীপনি ।
শা-ঙা রত্নগী মরম্না সমুদ্র মতৌগুম্বনি ।

মথাপোনব প্রজাশিঙ্গী কিনকপ্লি চঙজকপ্লি ॥ ১৬ ॥
সারথিনা থোবগুম্না চক্রগী লীক্লম কারদনা।
চৎলম্মী মাগী প্রজানা মনুগী নিয়ম কারদনা ॥ ১৭ ॥
উন্নতিগী প্রজাশিঙ্গী লোই কর মথোরদগী।
পীনবৈ য়াম্না সূর্য্যনা রস চুপ্পী পৃথ্বীদগী ॥ ১৮ ॥
মহাক্কী পোষাক ওইরম্মী চতুরঙ্গ সেনাশিংনা।
পন্দবা বুদ্ধি শাস্ত্রদা লিরি হাপ্লবা লৌরংদা।
থবকপুম্বা পাঙথোক্লম্মী অনিমক্কী পাম্বৈশিংনা ॥ ১৯ ॥
আকার ইঙ্গিংনা খঙঙমদে য়াম্না লোনব মন্ত্রণানি।
মাগী থৌরম মপোক্কীগুম মহৈশিংদা থঙনবনি ॥ ২০ ॥
মশা কপ্লি কিদনা ধর্ম্ম চৎলি নাদনা।
পৈশা লোই পামদনা বিষয় চায় লুপ্তনা ॥ ২১ ॥
খঙলে তুমিন ওয়ে ওাকপি দান তৌরগা হায়দোক্তে।
গুণ পুম্ব ওয়বা গুণগা পোকমিন্নবগুম কায়মদে ॥ ২২ ॥
বিষয়গী মথা পোন্দবা বিদ্যা পুন্নমক হৈরবা।
ধর্ম্ম চেন্নবা দিলীপ্নি হন্নুদনা হন্নরবা ॥ ২৩ ॥
লমচৎ ওাকপা য়োকপদগী প্রজাশিঙ্গী মপানি।
মপাশিংদি মথোয়গী শৃপ্না পোকচবশিংনি ॥ ২৪ ॥
প্রজা রক্ষাগী দণ্ড পী দণ্ড কংকম থোকপা মীদা।
মচাগীদমক লুহোঙিঙ ধর্ম্ম কায়দে অর্থ কামদা ॥ ২৫ ॥
গুম্মী মানা পৃথিবীবু লাইপেন্নবা যজ্ঞগী।
গুম্মী ইন্দ্রনা স্বর্গবু পৃথ্বীগী মহৈ মরোঙ্গী।
মরম্মথুম্ ওয়তুনা মহৈ মহৈ অনিমক্না।

স্বর্গ মর্ত্ত্য অনিমকপু য়োকপিরম্মী নিংথিজবা ॥ ২৬ ॥
প্রজাডাকপা 'হুগী মিংচৎ ফংবা ডম্নদে রাজাশিংনা।
মী-রন থাদোকপা অহুবা য়াহৈত্ত তারম্বনা ॥ ২৭ ॥
অকবা মী মথৈবু ওইরবম্ব য়েরুবা।
অনাবগী হিদাকুম্ লুনা চান্না তৌরম্মী।
ফত্তবা মী-মথৈবু ওইরবস্থ চান্নবা।
লিম্ন-শোক্পা থুদোন্গুম্ য়াম্না থাপ্না লংলম্মী ॥ ২৮ ॥
বিধিনা মাবু শেম্মম্মে মহাভূৎ শাব মচাক্না।
মীগী ফনবৈ গুণ মথৌ শিজিন্নবদৈ শোন্নদনা ।২৯ ॥
সমুদ্রমপান্ চেক্পম্নি সমুদ্রনা থাঙবাংনি।
অতৈ ডাক্তবী পৃথ্বীবু নগর অমগুম ডাক্লম্মী ।৩০ ॥
দক্ষিণাগুম্বী যজ্ঞগী মগধ্ বংশদা পোক্লবী।
লৈরম্মী রাণী মহাক্কী সুদক্ষিণা পুক্চেল্ চাওবী ॥ ৩১ ॥
রাজপত্নী য়াম্নবস্থ পৃথিবীপতি দিলীপ্না।
লৈবদগী রাজলক্ষ্মী পুক্চেল চাওবী সুদক্ষিণা।
মশামকপু থজরম্মী ভার্যালৈব মীনি হায়না ॥ ৩২ ॥
মাপা মতিক্ মপা চাবী সুদক্ষিণা গর্ভদগী।
মহৈ ফংবদা থৌন্দোবা মচা পোক্চনিডবদগী।
আশা অমা তৌরত্নুনা মতম লেল্লম্মী মহাক্কী ॥ ৩৩ ॥
মচা পোক্লব ব্রতগী পাম্বোম্দগী লোথরম্মী।
অরুম্বভার রাজ্যগী মন্ত্রিশিংদা শিন্নরম্মী ॥ ৩৪ ॥
মচাপোক্লবৈ ব্রহ্মাবু ইরাংলগা মবুকশেংনা।
বশিষ্ঠ গুরু আশ্রমদা চৎলম্মী রাজা-রাণীনা ॥ ৩৫ ॥

মুংশিব'রুম্বা খোম্বোক্পা তোংতুনা রথ অমদা।
নোংথাং ঐরাবৎ মতৌগুম্ বরিষাগী নোংমংবদা ॥ ৩৬ ॥(যুগ্মক)
আশ্রমগী রাবা খন্দুনা লোয়নৈ মনাই থরদা
কোয়শিম্বগুম্মী তেঙ্গোন্না মতিক্ মগান্ উবদা ॥ ৩৭ ॥
য়ৈব-পেম্ব-লৈরিক্ ছুম্ব শাল্মনমম্ব মুংশিংনা।
সেবা তৌরম্মী অনিবু বন্মমাম্ ভম্পা হুমতুনা ।৩৮॥
রথচক্র মখোম্তাব রাহোংশিঙ্গী পুক্লিংহুবী ।
ষড়জ থোকপী কেকা অনি মৌবাম্নিনা তাখিরম্মী ॥ ৩৯ ॥
লম্বীনাক্তা শজিতুমা রথ য়েংতুনা লেপ্লম্বা।
য়েংলম্মীনে মৌবাম্নিনা মহৈমহৈ মীৎমান্নবা ॥ ৪০ ॥
মকম অমদা মখোয়না য়েংথোক্লম্মী মরাম্ম কাউনা।
পরেং শাথা রাইমুশিংনা লৈরাংপরেং ওইরতুনা।
খোঙ্-য়াওদবা সনথোঙ্গী খোংলম্মীনে খোয়থুম্নবা ॥ ৪১ ॥
অনিঙ্ব-থুংবা থঙহনবা মালংব ইরোইনবনা।
শম্নাং-কোয়েক্তা পরুমদে শগোল মথোঙ্গী উফুন্না ॥ ৪২ ॥
ইথক্ শম্'দ ঈংলবা মশাগী স্বর চানবা।
পুখ্রি মম্নামদা থম্বালগী মনম্ নম্নম্মী মুংশিবা ॥ ৪৩ ॥
মশামক্না পীখোক্লম্বা যূপচিহ্ন লৈবা খুন্দা।
পূজা ফংলবা যাজ্ঞিকী লৌজে সত্য আশীর্ব্বাদ ॥ ৪৪ ।
অনৌবা ঘী পুরক্তুনা কৎলব গোপ অহন্দা।
মমিং-মথা কম্না হঙিও হৌরিব-উ লম্বী-াক্তা ॥ ৪৫ ॥
অশেংবা ফিজেৎ শেৎলিবা কম্না নিংথিজরি অনী।
লম্দা থাগী পূর্ণিমাদা চিত্রা-চন্দ্রমা মতৌনি ॥ ৪৬ ॥

বৃধমাস্ব মহীপতি উব য়াইকবা দিলীপ্না।
রাণীদা 'হুহু তাকপদা খঙ্দে লাকৃপা কয়া থাপ্না ॥ ৪৭ ॥
য়ানা ফংব মিংচৎপা মশগোন্স্ন চোকৃথবা।
মহারাজ দিলীপ্না মহারাণী লোয়ননা।
মহর্ষিগী আশ্রমদা থুংখি সন্ধ্যা মতমদা ॥ ৪৮ ॥
সমিৎ-কুশ-ফল য়াওবা অতৈ বন্দগী হল্লকৃপা।
তপস্বিশিংনা থল্লম্মী উহন্দবা মৈনা ওকৃপা ॥ ৪৯ ॥
পর্ণশালাগী থোং্থৎপা নীবারগী শরুক্ ফজবা।
পিকৃথল্লম্মী শজিশিংনা ঋষিপত্নী মচাগুম্বা ॥ ৫০ ॥
আলবালগী ঈশিংথকপা থাজনবৈ উংেকৃশিংবু।
মুনিকন্যা চথোক্লম্মী চাইরগা হেক্ উ-মচাবু ॥ ৫১ ॥
হুমিৎ তাবদা অকংবা চরু-চনাই লোকৃশিন্দুনা।
পর্ণশালাগী শৃমাঙ্গী থম্বা মপৈ পৈশিন্দুনা।
ময়া 'হুদা শজিশিংনা শগুপ্ শায়রি কূল্লহুনা ॥ ৫২ ॥
হোম্গী মৈহৌবা খঙ্নবা আহুতিগন্ধ থল্লবা।
মুংশিৎনা হুম্বা মৈথুনা শেংহল্লী'তিথী থুংলবা ॥ ৫৩ ॥
শগোল্ বিশ্রাম্ তৌহন্নবা সারথিদা য়াথং পীরম্মী।
কূম্থহল্লগা রাণীবু মশামকৃস্ন কূম্থরম্মী ॥ ৫৪ ॥
তাঙ্গা-তাঙ্গাগী থৌথঙ্বা ইন্দ্রিয় য়াম্না লাকৃশিম্বা।
তপস্বীশিংনা ওক্লম্মী প্রজা ডাকৃপা মুপী য়াওবা।
ইরাংকম্ খোকৃপা নিংথৌবু দণ্ডনীতি মুন্না খঙ্বা ॥ ৫৫ ॥
সন্ধ্যাকর্ম্ম লোইরবদা স্বাহা লোয়নবা মৈগুম্বা।
উনৈ মানা তপস্বীগা অরুন্ধতী ফম্মিন্নবা ॥ ৫৬ ॥

খুরুমম্মী চরণশিংদা মাগধী রাণী রাজানা।
তৌরম্মী পেয়া আশীর্ব্বাদ গুরুপত্নী গুরুগনা ॥ ৫৭ ॥
অতিথি সেবা তৌবনা রথগী রাবা কোক্লবা।
হংলম্মী কুশল্ রাজাদা মুনিনা মুনিগুম্মবা ॥ ৫৮ ॥
রাডাং হৈবা লনথুম্মপু য়েক্লবডম্ব নিংথৌনা।
অথর্বৈ তুংফম্ গুরুদা হায়রম্মী রা অর্থ য়াওনা ॥ ৫৯ ॥
অরাবশিংবু মী-লাইগী গুরুনা থিংবিরিবনি।
অঙ্গ তরেৎকী মঙ্গল্দি ইরৈবাক্কী শোয়ত্রবনি ॥ ৬০ ॥
মন্ত্র খঙ্বা মন্ত্রহৈব নঙ্গী মন্ত্রগী মতিক্লা।
অরাপ্পদগী য়েক্লবা মাঙ্হন্বিবনি নহাক্লা ॥
নঙ্গী মন্ত্র পুম্ব'দুনা অউব লক্ষ্য করুবা।
ঐহাক্কী তেন্ পুন্নমকপু অরেব্বদা তাহল্লিবা ॥ ৬১ ॥
তত্তুনা হোম্নু তৌবিবা বিধি নাইনা কৎপা নংনা।
ঘৃতাহুতিনা মৈয়াম্দা মহৈ-মরোঙ্গী নোংওইনা।
তেক্থংহল্লি মথোয়দুবু নোংচুদবদা কঙ্গম্বা ॥ ৬২ ॥
অকিবা উৎপাৎ লৈতনা ঐহাক্কী প্রজাপুম্বনা।
মীওইবৈ পুন্সি ফংদুনা লৈজারবনি হিংদুনা।
ওইরিবনি পুন্নমক্সি গুরুগী ব্রহ্মতেজম্বা ॥ ৬৩ ॥
গুরু ব্রহ্মাগী মচানি ঐহাক্মক্কীম্নু গুরুনি।
অক্বা চিন্তা ঐহাক্কী তৌবিব্সিদা গুরুনা।
রাব-নংদবা য়াইফবা করিগী ওইরোই তত্তুনা ॥ ৬৪ ॥
অহুবু নমৌ অসিনা মচাপোক্তবা অসিনা।
পেল্হল্বা ডম্দে ঐহাক্পু রত্নপোক্পী মেদিনীনা ॥ ৬৫ ॥

পিণ্ড পীনবা ইতুংদা লৈররোইদবা উত্থুনা।
অকৎপা পোচৈচ শ্রাদ্ধগী পৈশিন্বদা থরাই য়াওনা।
পেন্না চাররোই শ্রাদ্ধদা শোয়দনা ইপা-ইপুনা ॥ ৬৬ ॥
ঐনা শিরবা মতুংদা ফংলরোই অতৈ থন্দুনা।
তর্পণ ঈশিং কচ্চবা মশাগী কাম্ব স্বরনা।
লুম্বু-লুম্বু শাহন্দুনা থক্তনি ইপা-ইপুনা ॥ ৬৭ ॥
আত্মা শেংদোক্‌চরে ঐনা যজ্ঞ-পূজা তৌজত্থুনা।
থরাই রানা লেল্লিবনি ইচা-পোক্তবা মরম্না।
লোকালোক চীঙ্‌জাওগুম্না লৈরিবনি ওান্না-মন্না ॥৬৮॥
তপস্যা দান্‌গী পুণ্যনা মুঙাইহল্লি হয়েংমপোক্তা।
অশেংবা বংশ মচানা মুঙাইহল্লি অসিদা-তুংদা ॥ ৬৯ ॥
মুংশিবিত্থুনা বিধাতা ঈশিং চাইত্থুনা য়োকপিবা।
মহৈয়ান্দবা আশ্রমগী পাম্বী মচাগুম্ থন্দুনা।
ইচা লৈতবা ঐহাক্কী করিগী রারোই গুরুনা ॥ ৭০ ॥
মর্ম শোক্‌হন্বা উচুক্‌ম্ হৃকজদবা শামুগী।
থাওঙম্‌দবা রাবা ওইরে অরোইব-লমন্ ঐহাক্কী ॥ ৭১ ॥
মত্থদগী গুরুদেব তৌবিয়ু উপায় কোক্লবা।
ইক্ষ্বাকুগী রানা ফংবৈ নথুত্তানি মহৈ কংবা ॥ ৭২ ॥
রাজানা'শুম্ হায়জবদা ধ্যান্ তৌরম্মী মহর্ষিনা।
মিৎ-লেংহন্দনা ওহাক্তং ওা-চাদব ঈপাক্নুম্না ॥ ৭৩ ॥
থম্মোই শেংলব ঋষিনা থওঙ্লগা মরম্ ধ্যান্দগী।
থওঙ্‌হল্লম্মী নিংথোদম্লু মাগী মচা পোক্তবগী ॥ ৭৪ ॥
মমাউঙদা নোংমা নংনা ইন্দ্রগী সেবা লোইত্থুনা।

হল্লখকান্দা পৃথ্বীদা লম্বিদা কামধেন্নুনা।
কল্পবৃক্ষগী মরুমদা লৈরম্মী পোখাতুনা ।। ৭৫ ।
কোল্লুজবী মহিষীগী রাখন্না নংনা কান্দুদা।
ধর্ম্ম কায়নি কিবদগী ঋতুরক্ষা তৌদবদা।
য়েংওইনা কোয়বা হৌনবী তৌরমদে বেম্ভার মডোন্দা ।। ৭৬ ।।
থৌশাদরে ঐবু নংনা অহুনা ইচা নূপীবু।
ইরাৎ-পূজা তৌদ্রিমথৈ পোক্তব ওইয়ু নচাবু।
মহাক্লা অম্মুম্ নডোন্দা পীবিবম্মী অভিশাপপু ।। ৭৭ ।।
মতম্ অহুদা হে রাজা মাইগৈডাকপা শামুশিংনা।
আকাশগঙ্গা মন্নুংদা শান্নরম্মী ময়ায় কানা।
তারমদে ইচেন্ মখোন্না শাপ্তু নঙ্গ-সারথিগনা । ৭৮ ।
থৌশাদবনা মহাক্পু থুংহন্দ্রে নঙ্গী অনিঙ্বা।
পূজা তৌফম্ থোকপা মীবু তৌদ্রবদি সম্মান্ অচাবা।
মঙ্গল ফংবগী শোয়ত্রবা ওইনরিবনি অপম্বা ।। ৭৯ ।।
যজ্ঞোস্ফয় ঘী যজ্ঞোম্গী বরুণগী দীর্ঘ সত্রগী।
কোয়না থোডডাকপা শীল্শিংনা পাতান্দা লৈরি সুরভিনা ।।৮০।।
মহাক্লী মচানূপীবু সুরভি মহুৎশিন্দুনা।
নবুক্চেল্ শেংনা ইরাচো মহারাণীগা নঙ্গনা।
থুংহন্গনি নীঙ্বপুম্ব পেম্বিরবদি মহাক্লা ।। ৮১ ।।
অম্মুম্ ডাঙ্লিডৈ মুনিনা আহুতিগী পোচ্চেপীবী।
লাক্লম্মী বন্দে ষণবীনা নন্দিনী কৌবী য়াইকবী । ৮২ ।।
অনৌবা মরোল্ মতৌগুম্ মেঙ্না লংবা মচুডাঙ্বী।

মরাইবক্তা হাইরপ খোয়বা অভৌব মতু হৌরিবী।
নিংখিরম্মী সন্ধ্যাগুম্না অনৌব থানা লৈত্তেংবী ॥ ৮৩॥
কুণ্ডুগুর মখোম্পাম্বী অহুগুম্বী নন্দিনীনা।
মচাবু হেক্তা উবদা মখোম্ জরজর থাহুনা।
যজ্ঞ-তুংদা ঈরুনবা ঈশিংদগী হেন্না শেংবা।
চোৎহল্লম্মী পৃথিবীবু যঙোম্না লুমু শারবা ॥ ৮৪॥
মখোঙ্ কাওবদা পাইখৎপা উফুন্ মরিক্ ময়ামহুনা।
নিংখোগী মশাপুম্বদা অনক্পদগী পক্পনা।
মহারাজবু শেংহল্লি তীর্থ স্নান তৌবগুম্না ॥ ৮৫ ॥
উবদা পুণ্যচেল্লবী নন্দিনীবু উরহুনা।
অক-ফত্ত খুদম্ খঙবা তপোনিধি বশিষ্ঠনা।
হায়রম্মী অমুক নিংখোদা নীঙ্ব-থুংলনি খঙহুনা ॥ ৮৬ ॥
মঙ্গলমূর্ত্তি নন্দিনী মিং-পম্বতদা থুংলরে।
অনীঙ্বা থুংবা নহাক্কী খুঙ্বিযু নিংখো ০কশিল্লে ॥ ৮৭ ॥
অভ্যাসগী পাম্বৈত্তনা বিদ্যা পেন্নবা তৌগুম্না।
উহৈ-রাহৈ থক্-চাহুনা তত্তনা মতুং ইন্দুনা।
পেন্নবা যণ অসিগী তৌগদবনি নহাক্না ॥ ৮৮ ॥
মা-চৎলগা নং-চৎকনি লেপ্লগা নংসু লেপকনি।
ফম্লগা নংসু ফম্গনি ঈশিং থক্লগা থক্কনি ॥ ৮৯ ।
সুদক্ষিণা রাণীনস্ ভক্তি তৌনা মবুক্ শেংনা।
ইরাচ্চহুনা মহাক্পু তপোবনগী সীমা ত'ন্না।
মতুং ইনসনু অযুক্তা ওক্চসনু সন্ধ্যাদনা ॥ ৯০ ॥
পেম্বিত্রিমথৈ মহাক্না 'ম্নমা সেবা তৌনি নংনা।

নঙ্গী বিম্ন লৈত্রসন্নু নপাবুঙ্গী মতৌগুম্না।
মচাকব পোকপশিঙ্গী ওইজরো মকোক্ নহাক্না ॥ ৯১ ॥
মহু ওইসন্নু হায়দুনা দেশকাল খঙলব শিষ্যনা।
গুরুগী য়াথং লৌজখি পুক্নিং হরাওনা নোল্লুক্না ॥ ৯২ ॥
তুংদা সন্ধ্যাদা তুম্নবৈ দোষ খঙবা অচুম্ব-ভাঙ্বা।
অথুম্ব-ভাঙ্বা ব্রহ্মাগী মচানিপা বশিষ্ঠনা।
পীবিরম্মী অমুমতি লাইবক্ করব নিংথৌদা ॥ ৯৩ ॥
কল্প খঙ্বা বশিষ্ঠনা নিংথৌদা নিয়ম-ভাক্লবা।
লৈরবস্সু তপ-সিদ্ধি পীরম্মী বনগী হৌনবা ॥ ৯৪ ॥
কুলপতিনা পীবিবা পর্ণশালা মন্নুংদুদা।
লেপ্লম্মী অহিং তুমদুনা কুশগী শয্যা মথক্তা।
মরমচংশেংবী মুপীগা লৈমিম্নদুনা মহাক্।
খঙঙম্মী'দুগা নোঙভাম্বা বেদ পাবদৈ শিষ্যনা ॥ ৯৫ ॥

কালিদাসনা লেংবা রঘুবংশ মহাকাব্যগী বশিষ্ঠাশ্রম অভিগমন্
( চংপা ) কৌবা অহাম্বা সর্গ লোইরে।

---

# রঘুবংশ

## অনিশুবা সর্গ

মিংচৎনা মরন্ ওইরবা অয়ুক্তা প্রজা মপুনা।
পিথক্হল্লগা মচাবু পুন্সিল্লম্মী অমুক্ হন্না॥
ইরাচ্চরবা মতুংদা গন্ধমাল্যনা[২] রাণীনা।
হোইদোক্লম্মী জঙ্গল্লোমদা মুনিষশ্বীবু মহাক্না ॥ ১ ॥
মাগী মখোঙনা নেৎপদা শেংলবা উফুলশ্বীদা।
শিংথানবা য়াবী মকোক্ মপুরোইব নীঙ্বীলক্তা॥
নিংথৌগী ধর্ম্মপত্নীনা[৪] ইল্লম্মী মণগী মতুংদা।
শ্রুতি শাস্ত্রগী[৫] অর্থগী স্মৃতিনা[৬] ইন্গুম্ মতুংদা ॥ ২ ॥
শুদ্ধাংলবা মিংচৎশিংনা থৌজাল্হৈরবা রাজানা।
হল্হল্লগা মুংশিবীবু স্নবভি[৭] মচা নূপীবু।
সমুদ্র মবীমক্পুম্ব যঙ্গোম্তনা নম্মাংলবা।
ডাকশেল্লম্মী পৃথিবীগুম্[৮] যশ্বীগী মশক্লৌববা ॥ ৩ ॥
লোয়নবশিং অতৈবু হলহল্লম্মী মহাক্না।
ব্রতৈদমক্ যশ্বীগী তুংইল্লম্মী মা-মক্ল ॥
মশা কন্বা মহাক্কী ডম্ব নত্তে অতৈনা।
মচাশিংদি মন্নুগী কঞ্জে নিজ বীর্য্যনা[৯] ॥ ৪ ॥
পীজৈ নাপি অথোৎপা মশা নোই-খোৎপিহুনা।
হুম্দোকতুনা কাঙ্-হুয়িং চৎনিংবদা থিংদনা।

মাগী সেবা তৌরম্মী লুনা মহারাজনা। ॥ ৫ ॥
লেপ্লে লেপ্পী চৎলে চৎলী কূল্লে কম্মী নিংথৌহুনা।
খ্বৌরাংবদা থক্লে থকই তুংইল্লম্মী মমিগুম্না ॥ ৬ ॥
ময়ায়কাবা উত্তবা আন্দাজদগী খঙনবা।
মুংদা ময়ায়ফুম্লবা গজেন্দ্রনা[১১] তৌগুম্না।
রাজচিহ্ন[১২] য়াওদ্রবমু থোইদোক্না চাঁওলেম্বনা।
রাজলক্ষ্মী[১৩] চেম্বগুম্না উহল্লম্মী মহাক্না ॥ ৭ ॥
লীরিহান্না লীরুংপায়বা মশম্ পুনশিন্ব উরীনা।
মুনি যজ্ঞগী যন্ত্রবু ঙাকশেম্ব-শানা রাজানা।
রারক্ রাতেম্‌গে মতাগুম বন্‌গী তমথিবা শাশিংদা।
যন্ত্রীমতুং ইল্লহুনা কোয়চৎ চৎলম্মী বন্‌বন্দা ॥ ৮ ॥
মনাই-মশল্ শাওদবা বরুণদেব[১৪] মান্নবা।
রাজা'হুগী মনাক্তা পামেল্'শংনা হৌরিবা।
জয়লাওবগুম্ তৌরম্মী উচেক্‌শিংনা থোংবনা ॥ ৯ ॥
মালংবনা থাজরকপা মালংব-মরূপ[১৫] মান্নবা।
মনাক্ত-লাকপা নিংথৌদা শানৌ-নহানা সহরদা।
হৌনবী[১৬] কবোক্ চাইগুম্না চাইরম্মী লৈরাং উরীনা ।১০॥
লীরুং থুত্তা পান্নবম্ব চিংনদনা শজিশিংনা।
থোংনা ফাওরবা থৌজান্না রাজাবু পেন্না য়েংহুনা।
লাওরবা মীৎকী মথোয়্গী চারম্মী মহৈ মরাওগী[১৭] ॥ ১১ ॥
রাগী অহোবা মথুন্দা মুংশিংনা থন্না য়ৈবদা
থোক্লম্মী বাঁশী মথোনমুংশিনা।
উমংলাইনা কুঞ্জশিংদা খোজেন্ রাংনা শকচবদা

তারম্মী মাগী মিংচৎ মহাক্লা ।১২॥
চীঙ্গীলোঙ্গী ঈশিং মরিক্ ইরোয়নবদা ঈংলবা।
পামেঙ্খিঙ্গী তপ্না হাইবা লৈরাঙ্গী মনম্নবা॥
মালংবনা খোংগল্লম্মী নিংথোবু মশা অশেংবা।
ব্রতগী ছত্র মাওদবা মুংশানা প্রোক্-প্রোক্ চাক্লবা॥ ১৩॥
অঙাকপা রাজা অতুনা চৎপত্তুদা বন্দা কোম্না।
মুৎলম্মী লম্মৈ নোংচুদনা পীক্থল্লম্মী হৈ-লৈশুনা।
তুহৎলমদে শাশিংলক্তা অশোম্বু অকম্বনা ॥১৪॥
মুমিৎ মঙান্ মুনি যম্বী'ঙাংবা মখোন্ অনৌ'গুম্না।
কোয়চৎ চৎপদা অনিনা মাইপৈ মরী শেংহন্দুনা।
মুমিত্তারমদাইগী কান্দা চৎপা ছোরম্মী য়ুমপাংনা ॥১৫॥
ইপা-ইপুগী লাইতিন্গী থবক্পাঙ্বী অতিথিগী।
মরোল১১ক ময়ায় ঙক্পিবনা ইল্লম্মী মতুং যম্বীগী॥
মাগা লোয়নবী যম্বীত্তু য়ানরবা সাধুশিংনা।
খো-পাংখোক্পগা লোয়নবী নিংথিরম্মী শ্রদ্ধাগুম্না ॥১৬॥
অখেম্ব-পাক্তে কাখৎপা ওক্মপৈনা পীক্থল্লবা।
কায়দোংকম্পাংনা পাইশিন্বা য়াহোংশিংনা শংহল্লবা।
শক্তি-চাক্তাব লঙ্কাংনা নিংথিরবা শংবান্নবা।
বন্ মথং মথং য়েংত্তুনা চৎলম্মী তুংদা মহাক্লা ॥১৭॥
অরুম্ব-মখোম্পুরবী মচা'মত্তা পোকপী যম্বী।
মশা চাউব নিংখোগনা চৎপদা তপ্না চীঙ্লেম্না।
লৈতেংলম্মী লম্বীলমশাং হন্নবা তপোবন তান্না ॥১৮॥
বশিষ্ঠযম্বী তুংইম্বা বম্ময়াদা হল্লক্লিবা।

য়েংলম্মী মাবু মীৎকূপ্তুনা স্নুদক্ষিণা বনিতানা[১৮]।
চরাহেন্বা মীৎঅমিনা থকপগুম্না য়াম্থৌরাংনা ॥ ১৯ ॥
মহারাজনা লম্বীদা মমাঙথানা চৎহন্বী।
মহারাণীনা লমথাংদা থোরকতুনা ওকচবী ॥
অনিহুগী মরক্তা ভাস্থোইরম্মী যম্বীনা।
অহিং মুথিম্মরক্তা তৌবগুম্না সন্ধ্যানা[১৯] ॥ ২০ ॥
চেংবুম্ থম্বাপাত্রপুবী স্নুদক্ষিণা রাণীনা।
মথোম্ শুম্লিবী যম্বীবু য়েংওইননা কোয়রুনা ॥
মচিমরক্কী অপাকপা লাইবক্ অহু নিঙলহুনা।
অনিঙ্ব থুংব থোঙ্গুম্না হৈরাংলম্মী থুরুমহুনা ॥ ২১ ॥
মচাগী থোয়রাংলবগু লৌরম্মী পুজা পেঙ্দনা।
হরাওজরম্মী অহুদা মথৈলৈতনা অনিনা ॥
চাম্বিব মতৌ অহুদে মহাকুম্বী মীতাশিঙ্গী।
মহৈয়াম্ব শোয়দ্রবনি মাবু লুনা নিঙবশিঙ্গী ॥ ২২ ॥
নূপী লোয়নবা গুকগী চরণ থুরুম্জহুনা।
সন্ধ্যা পূজা লোহিথোক্লগা মথোমশুম্বা লোইহুনা ॥
কুন্দুনা লৈবী যম্বীবু সেবা তৌরম্মী হঞ্জিন্না।
মথুংমক্লা য়েরুববু মাঙহন্বিথিবা দিলীপনা ॥ ২৩ ॥
পোচৈচ থাংমৈ থম্লহুনা যম্বীনাক্তা শেম্নবনা।
ফম্লম্মী যণগী মতুংদা গৃহিণীগা লোয়নহুনা ॥
নন্দিনীনা তুমখ্রবদা মথোয় অনিস্থ তুম্লম্মী।
অয়ুক্তা যম্বী হৌরবা মথোয়স্থ তুংদা হৌরম্মী ॥ ২৪ ॥
ব্রতভাকপা পুণ্যচেথ্বা অনংব-কম্বা হৈশিংবা।

অহম্নকৃহন্বা ভয়েংনা লেল্লম্মী হুমিং নিংথৌনা।
মচাগীদমক্ অশুম্না মহিষীগা[২০] লোয়নচুনা ॥ ২৫ ॥
মুনিষম্না নোঙভাম্বদা গৌরীগুরুগী[২১] গুহাদা।
মহাক্কী মতুংইষগী মবুক্চেল্ চাং য়েংনবগী।
নাপি-হানৌ থম্নাহৌবা চঙ্লম্মী গঙ্গা তাফমগী ॥ ২৬ ॥
লাকথুবা ভস্মোই থন্দুনা পুক্লিংনম্ভু শাহাৎপনা।
চীঙ্গী ফজব য়েংলিব উহৌদ্রিবৈভেদা রাজানা।
থংহৌদনা চোংশিন্দুনা লাক্রম্মী যম্বু নোংশানা ॥ ২৭ ॥
গুহাদা খোম্থাং মৈয়বনা .থাইদোক্হেন্দোক্না হৌববা।
মাগী অরাব' খোজেয়' চীঙ্নিংথৌদা মুন্না য়েংবা ॥
অরাব মরূপ নিংথৌগী ওল্হল্লম্মী মিংয়েং হন্না।
নম্থুনা মাইওন্হন্বগুম্ থংচি'-চিংথুনা য়াচন্না ॥ ২৮ ॥
মপান্ন থল্লব লোধ্রগুম্[২২] ধাতুনা ভাঙ্লব চীঙথক্কা।
মশো'না লৈতেংব নোংশা'মা অভাঙ্ব যণ্বাগী মথক্কা ॥
উবম্মী লৈব ফম্থুনা লীরুংপান্নব নিংথৌনা ॥ ২৯ ॥
'থুদা শানিংথৌ হাৎনব' হাৎপদা মতিক্চারবা।
য়েরুব হেক্তা হাৎপিবা চংজব-মীবু কম্বিবা ॥
নিংথৌনা মাইথিরথুনা শানিংথৌ শাজ'চত্তুনা।
তেন্দোংদগী তেন্শৎনবা থৌরাংলম্মী য়াম্না থুনা ॥ ৩০ ॥
তেন্কাপ্ হৈবা রাজাগী ওই নত্তবা মথুংকী।
থৌজিন্মভান্না লংলবা লাংজা মতুনা য়োম্লবা।
ভেজিন্ খুৎনা পায়থুনা লৈরম্মী চিত্রবোদ্দোনা ॥ ৩১ ॥
মথুং পংথহন্বথুদা থোইনা হেন্না শাওগৎলবা।

অপরাধী মাঙ্‌দা লৈনা [illegible] ঙম্‌বা ॥
রাজাগী থমোই চারুমী মথগী মকম্হিনা।
মথাট চম্বালব লীন্‌গুম্ হিবাক মন্ত্রগী শক্তিনা ॥ ৩২ ॥
সাধুশিঙ্গী মিচংচংবা রঘুবংশগী অথোইবা।
নোংশাগুম্ন য়াম্ন কথা পংথবহুদা ঙক্রবা ॥
নিংথৌদা অমুক্ ঙকৃহন্না হায়রম্মী মীগী রাহৈনা।
থম্বীদা থাবা পীরিথা শাহিংচাবা শানিংথৌনা ॥ ৩৩ ॥
অরেম্বনি মহীপাল্[২৩] হোৎনজবা নঙাক্না।
থারবশ্ন ঐভোন্দা কায়রমোই খুৎলাইনা।
চৌঙ্‌দা করি তৌবা ঙম্নি উ-ফুক্‌পঙব মুংশিংনা ॥ ৩৪ ॥
কৈলাসমুক্ ভৌরবা বগুম্বদা ভোংনিংবা।
অষ্টমূর্ত্তি[২৪] শিবনা নেৎপিবনা চরম্না ॥
ইনঙনম্ন শেংলবা নিকুম্ভগী[২৫] মরূপ্‌লোই।
মনাই ঐনি থঙবিয়ু কুম্ভোদর কৌবা কোলোই ॥ ৩৫ ॥
মাঙ্‌দা উরিব দেবদারু[২৬] পোত্মপুত্রনি[২৭] যণভোংবগী[২৮]।
মথবাকগী থোরক্‌পা চক্ষুগুম্নব সনাগী।
ঈশিংঙ্গুব খোম্থক্‌পনি কার্ত্তিকেয়গী মমাগী ॥ ৩৬ ॥
নোংমা চায়রুং তক্‌পদা উমজী শামু অমবা।
মাগী মকু হুদোকপদা চৌঙ্‌নিংথৌ মচানুপীনা ॥
রাবিরম্মী মহুইদমক অসুরশিঙ্গী থুৎলাইনা।
সেনাপতিদা[২৯] পাম্বদা রাবিবা মত্তৌ অহুম্না ॥ ৩৭ ॥
বনুগী শামু কিনবগী অহুদগী হোরহুনা।
শৃত্রিল্ পায়বগী থুজিম্না ইয়াদা তাবা চাহুনা ॥

চীঙ্‌জাওগী গুহা অসিদা শঙলক্লিবনি ঐহাক্না ॥ ৩৮ ॥
চানবা ঐগী তমখ্রবা ভগবান্না শিন্বিহ্নুনা।
লাইগী য়েক্লব রাহুনা থাগী অমৃত থক্নুম্না।
লাম্লব ঐগীদমক্তা ওৎল্লনি মাগী ঈ-তনা ॥ ৩৯ ॥
নশামক হল্লো অহুনা ইকাই-ইকি থাদোক্নুনা।
হৌনবী ভক্তি শিষ্যগী গুরুদা উৎখ্রে নহাক্না।
ডাক্কম খোল্লব মহাকপু কনউমত্রবদি খুৎলাইনা।
খুৎলাই-পায়বশিঙ্গী 'মৎচৎ মাঙনহন্নদে মহুনা ॥ ৪০ ॥
অথৌব রাহৈ অসুরা শানিংথৌগী তাহুনা।
খুৎলাই অবেম্ব তাবদা গিরিশগী** মত্তিক্না।
হন্থব রাখল মশাগী থাদোক্লম্মী বাজানা ॥ ৪১ ॥
অহাম্ব তেন্ কাপ্প'সিদা অবেম্বদা তাহব্বদা।
বজ্র-হুন্‌গে হোৎনবদা মহাদেবনা য়েংবদা।
পংহম্ব বজ্র-পারবগুম্*** পাওথুম পীবম্মী মঙোন্দা ॥ ৪২ ॥
হায়নিঙলিবসি শানিংথৌ হোৎনঙমত্রবৈ মক্মদা।
ওইরবম্ব নোক্লকম্ব জীবপুম্বগী পুক্লিংদা।
লৈরিব রাখল খঙবিব হায়রগে'হুনা নঙোন্দা ॥ ৪৩ ॥
অচচ্চত্ত পুম্নমক্কী শেম্ব-ডাক্প-মাঙহম্বগী।
মপু ওইরিব মহাক্কী ইন্দোবনি য়াথং ঐনা।
ইমাঙমক্তা শিদৌরিব গুরুগী-সন্ যজ্ঞতোবা।
থম্মম্ব লংশেক্নুনা হৌনদবনি ঐহাক্না ॥ ৪৪ ॥
'হুনা নংনা চান্বিহ্নুনা দেহ অসিনা ঐহাক্কী।
বম্বী অসিগী মহুত্তা নচিঞ্জাক ওইরো নহাক্কী ॥

মুংদাং ৱাইরম্ ওইরক্পদা থৌরাংনা ভাহ্নবী মচানা।
মহর্ষিগী যজ্ঞী'সিবু শ্রাধং থারে' থাদোক্লবা ।। ৪৫ ।।
'হুনা শিবগী মনাইনা ময়া অরংবৈ মঙাম্না।
চীঙ্গী গুহাগী অমম্বা মচেৎ-মচেৎ থুগাইহুনা।
ৱাঙাং হৈশিংবদা অমুক্ হায়রম্মী হাইরপ. নোক্তুনা ॥ ৪৬ ॥

জগৎকী মপু অমত্তা ওইবা,
চহি মতাংম্ব নহা ওইরিবা,
নশা নউস্থ পুক্লিং হুরবা,

করিম্নু লৈতব পোৎকা পুম্নমক্সি থানিংবনা।
বিবেক্ লৈতব মতৌগুম্ উৎলে ঐঙোন্দা নহাক্না ॥ ৪৭ ॥
জীববু মুংশিবিরবদা যজ্ঞীত হিংনি নং-শিবদা।
প্রজাগী মপু হিংলবদি প্রজাপুম্ববু[৩২] মপা'গুম্না।
পুম্নমক্তগী অরা-অনং কম্বিগনি ইতত্তত্তনা ॥ ৪৮ ॥
অমরোমদা যজ্ঞী'মতা লৈবদগী অশাওবনা।
মৈগা মান্নব গুরুবু কিবিরবরা নহাক্না।
চফুগুম্ব মথোম্পাম্বী যজ্ঞী কোটি দাস্তোহুনা।
মাগী অশাওব কোক্হম্বা ভম্নি লায়না নঙ্গুম্বনা ॥ ৪৯ ॥
'হুনা থম্মু নশামক্কী দেহ অসি হৈশিংলবা।
মুঙাই য়াইক মপৈমপৈ ভোক্তৌবদা মতিক্ চাবা ॥
য়াম্ন চাওথৎপা রাজাদি শম্নবতনি লৈপাক্কা।
খ্বাইনা মাম্নৈ হায়নবনি শোরারেন্গী স্বর্গমক্কা ॥ ৫০ ॥
অসি হায়রগা লেপ্‌ত্রবা নোংশাগী থোম্থাং মৈবনা।
ৱাহৈহু হায়গুম্ তৌরম্মী অমুক্হন্না গিরিরাজনা[৩৩]।

মহীপতিদা[৬০] হরাওনা 'ছগা থোঙ্কেন্ য়াম্না হৌনা ॥ ৫১ ॥
দেবদাসগী রা তারগা অমুক্ হায়রম্মী নিংথৌনা।
তঙক্ তঙক্ রানা য়েংবী নমৃথুবনা শানিংথৌনা ॥
য়েংলক্পদা যম্বীছুনা পেৎলম্মা হৃদি দয়ানা ॥ ৫২ ॥
মাঙ্বদগী কল্লি হায়না অকাওব মমিং ক্ষেত্রিগী।
থঙ্নরিবনি জগত্তা ওয়-ভৈনবা চৎপগী ॥
করি কান্নি রাজ্যনা নিম্দানা য়োৎনা হিংবনা ॥ ৫৩ ॥
যম্বী অতৈ দাস্তোবনা মুনি শাউহল্লোই করম্না।
সুরভি মান্নৈ থঙ্বিয়ু লাকথুবনি শিবগুম্না ॥ ৫৪ ॥
যম্বী'সিবু নঙোন্দগী ইশা কথোক্প মমম্না।
হিংহন্কম্ থোকই ঐহাক্না অসিগুম উপায়মক্না।
নঙ্গী পারণাম্ন শোয়হল্লোই মুনি কর্মন্ন কায়হল্লোই ॥ ৫৫ ॥
কন্গদব মাঙ্হল্লগা ইশা করিম্ন শোক্তনা।
নৈবা চম্মোই লেপ্তুনা মপুগী মাঙ্দা ঐহাক্না।
থঙ্লিবনি রাকম্ অসি নংম্ন মপু পাম্বনিনা।
তৌরিবসিনি চেক্শিন্না দেবদারুবু নহাক্না ॥ ৫৬ ॥
অমরোমদা থল্লবম্ন হাৎকম্ থোক্কে ঐবু নংনা।
মিংচৎনৈব দেহ ঐগী লৌশিম্বিয়ু চাম্বিহনা।
পঞ্চভূংকী পিণ্ডসিবু মাঙ্বা তারবা শোয়দনা।
পাম্মুকম্ থোক্কে করিম্ন ঐহাক্মুগী মীশক্না ॥ ৫৭ ॥
রারি শাবদৈ মরূপ্ ওই হায়নৈ অম্নম্ পণ্ডিতশিংনা।
বম্ময়াদা উনবদা শাথ্রে রারি ইবানিনা।
শিব মনাই মরমৃত্না মরূপ্ ওইরব ঐহাক্না।

যাচঞ্রা তৌরিব রাফম্‌সি য়াখিদবা-তৌমু নংনা ॥ ৫৮ ॥
করে করে হায়বা রাহৈ-হায়বদা হেক্ নোংশানা।
পাম্বোম্ পঙ্থবা ফরবা, মহারাজ দিলীপনা।
মশাগী দেহ শত্থম্‌গুম পীখি খুংলাই থাত্থনা ॥ ৫৯ ॥
নোংশানা লাক্পা ভম্থিবা মরু-লুক্তুনা ঙাইরিবা।
প্রজাগী মপু দিলীপ্‌কী বিদ্যাধর** খুত্তে নঙন্দা।
পুষ্পবৃষ্টি** নাম্থত্থনা ভারম্মী খুদক অত্থদা ॥ ৬০ ॥
হৌগৎলো ইবুংঙো হায়বা অমৃত রাহৈ তাবদা।
উরম্মী মাঙ্দা নিংথৌনা হৌগত্তুনা য়েংখিবদা।
মথোম্-শিন্থবী ষম্বীবু মহাক্‌মকী মমাগুম্বী।
অত্থগা নোংশা অত্থদি লৈরমদরে মকম'থ্থদা ॥ ৬১ ॥
(অ) ঙক্পদা হায়খি ষম্বীনা হে সাধু মায়া তৌত্থনা।
তৌরম্লিবনি পরিক্ষা রাজা নহাক্কী ঐহাক্না।
যোম্মরুম্নু হাৎপা ঐবু ঙম্‌দে মুনিগী মত্তিক্না।
হিংসা তৌব অতৈ শাগী কান্নদে রা হায়রুত্থনা ॥ ৬২ ॥
গুরুদা ভক্তি লৈবনে ঐহাকপু থৌজাম্বিবনে।
বর নিজরো ঐঙোন্দা পেল্লে ইবুঙো ঐহাক্না।
ষঙ্গোম্‌দ পীব ঙম্বনি খন্‌গম্নু ঐবু নহাক্না।
কাম্‌থ্থহানি খঙ্‌জো ঐবু পেল্লবদি ঐহাক্‌মক্না ॥ ৬৩ ॥
পূজা তৌবা অনীবনা বীর** খুভম্ তাম্বা পাম্বোম্না।
নিজরম্মী নিংথৌত্থনা খুবাং চাংজো লোয়ত্থনা।
বংশগী মকোক্ হৌদোক্পা লেঙ্‌দবা মিংচৎ চৎলবা।
সুদক্ষিণা মহিষীনা মচা অমা পোক্‌চনবা ॥ ৬৪ ॥

মচা পোক্লিংব রাজাদা মন্থু ওইসন্নু হায়রুনা।
অনিঙবন্থু রাশক্তুনা য়াথং পীরম্মী যন্বীনা।
উনাগী পাত্র অমদা ঐহাক্কী ইথোম্ শুমরুনা।
ইবুঙো'হুনা হৌজিকমক্ থরদং থকউ নহাক্না ॥ ৬৫ ॥
নচানা ইমা থক্লগা যজ্ঞ কর্ম্মগী লোখ্রগা।
অরেম্ব নখোম্ নহাক্কী ঋষিগী য়াথং লৌরগা।
পৃথিবীগী তরুকথোক্পা শকক অমা লৌবগুম্না।
নিঙ্ব থুংনব ঐহাক্কী থক্চগে নিঙ্লি ঐহাক্না ॥ ৬৬ ॥
হায়জবদা অগুম্ তৌনা পৃথিবীগী মপুহুনা।
পেম্বিরম্মী থোইনা হেন্না বসিষ্ঠগী যণ্বীহুনা।
হিমালয়গী গুহাদগী মতুংইন্দুনা মহাক্না।
হন্মিন্নখি আশ্রমতান্না অন্নাব ইথঙ্-খ্ঙ্দনা ॥ ৬৭ ॥
পূর্ণিমাগুম্ মায়থোং লংবা নিংথৌশিঙ্গী গুরুনা[৩৮]।
হরাওব মতৌদৈ থঙ্লবা অমুকহন্না হান্নগুম্না।
যন্বীনা বর পীবন্থু হঙ্গৎলগা গুরুদা।
হায়দোক্লম্মী মতুং'হ্নদা চান্নবীগী মকম্দা ॥ ৬৮ ॥
মরম্চৎ নিন্দা পৈক্তবা সাধুশিংবু খোজাম্বিবা।
থক্লম্মী রাজা অহুনা য়াম্না খোরাংলবগুম্না।
বসিষ্ঠগী য়াথংদগী মচাগী হোম্গী অরেম্বা।
নন্দিনীগী মথোম্ অন্থু শেংলব মিংচৎ মূর্ত্তিগুম্না ॥ ৬৯ ॥
তৌহল্লগা নোঙচাম্বদা হায়খিব ব্রতগী পারণা[৩৯]।
যাত্রাকাল্গী শান্তিকর্ম[৪০] তৌরগা বশী[৪১] বসিষ্ঠনা।
থারম্মী রাজা রাণীবু মথোয়গী রাজধানী তান্না ॥ ৭০ ॥

য়েৎওইমনা কোয়হুদা হোম্‌গী মৈবু বশিষ্ঠবু।
মতুংদা অরুন্ধতীবু[১২] মচা লোয়নবী মথীবু।
যাত্রা তৌরম্মী নিংথৌনা মতীক্‌ হেল্লব মঙ্গল্‌না ॥ ৭১ ॥
ভাবদা মথোয়্‌ংশিবা থক্‌-থক্‌চোংদব সুডাইবা।
রথ অমদা তোংদুনা অরাবা খাঙ্‌ব নিংথৌনা।
ধর্মপত্নীগা লয়ীদা চৎথিরম্মী নীঙ্‌বা থুংনা ॥ ৭২ ॥
মহাকপু উদবদগী ইথৌয়াংব হেল্‌হল্লবা।
মচা-পোক্লব ব্রতদা ময়াং য়াম্না কংশিল্লবা।
নৌনা লাক্‌পা নিংথৌহুবু য়েংজরম্মী প্রজাশিংনা।
ওষধীশিঙ্গী[১৩] মপুগুম্‌ পেম্বা নাইদব মীৎয়েংনা ॥ ৭৩ ॥
প্রজানা ওক্‌পা হরাওনা ইন্দ্রগুম্ব নিংথৌহুনা।
ফিরায় থম্না লৈতেংব রাজধানীদা চঙ্‌হুনা।
থম্‌থি ভার পৃথিবীগী মথুৎমরক্না অমুক হন্না।
মপাম্বোম্‌দা কল্লবা লীম্লিংথৌগীগা মান্নবা ॥ ৭৪ ॥
মতুংদা অত্রি[১৪] মুনিগী থোরকপা তেজ মিত্তগী
আকাশদেবীনা পুবগুম্না।
অগ্নিদেবনা[১৫] লংথবা শিবগী তেজ অকম্বা
আকাশ[১৬] গঙ্গানা পুবগুম্না।
রাজবংশগী মঙ্গলগী পুরম্মী মহারাণীনা।
চঙ্‌খ্রুব গর্ভমহুংদা মাইগৈ ডাক্‌পগী[১৭] মতীক্লা ॥ ৭৫ ॥

কালীদাসনা লেংবা শ্রীরঘুবংশ মহাকাব্যগী নন্দিনীবরপ্রদান
কৌবা অনিশুব সর্গ লোইরে।

ওঁ তৎসৎ শ্রীকৃষ্ণার্পণমস্তু।

# পরিশিষ্ট

## ( ক )

## অহান্ন সর্গ

১। **শব্দার্থগুম্**—য়াহৈ অমসুং অর্থগুম্। শব্দ + অর্থ = শব্দার্থ, শব্দ অমসুং অর্থ দ্বন্দ্ব সমাস। 'পকৃশিন্নবা পদগী বিশেষণ।

**পকৃশিন্নবা**—'হর-গৌরীদা' পদগী বিশেষণ। মীমাংসা-শাস্ত্রদা হায়রি "শব্দ অমসুং অর্থনা মবা নিত্যনি।" হায়বদি শব্দ নত্তনা অর্থগী অমসুং অর্থ নত্তনা শব্দগী জ্ঞান ওইদে। অনি অসি মহৈমহৈ নন্নে। শব্দ অমা ওইববদি অর্থ শোয়দনা য়াওগনি, অতুগা অর্থ লৈববাদ শব্দ অমা শোয়দনা ওইগনি।

**হর-গৌরীদা**—মহাদেব-দুর্গাদা। হর অমসুং গৌরী দ্বন্দ্ব সমাস।

**মমা-মপা**—মমা অমসুং মপা দ্বন্দ্ব সমাস। 'হর-গৌরী' পদগী বিশেষণ। মবমদি "মপা ওইরদুসু মমানা গুরুনি, মমাগা মান্নবা গুরু লৈতে। গুরু ময়াম্ পণ্ডিত ওইরবদি থাদোক্কনি, মমাবুদি কপোইডনসু থাদোক্লোই। গর্ভপুবা য়োক-পিবদগী মমানা মপাদগী হেল্লি" "শিক্ষাগুরু তরাদগী দীক্ষা-গুরুনা, দীক্ষাগুরু চামদগী মপানা, মপাশিশিং অমদগী মমানা চাওবা হেল্লি।" (শাস্ত্রবচন)।

হর-গৌরী অনিবু করিগী খুরুমগনি? "শিবা (দুর্গা) না শব্দময়ীনি, শম্ভুনা অর্থময়নি। অতুনা শব্দার্থ মুন্না থওনবগী অনিবু খুরুমজে।"

"শর্বগী (শিবগী) লোয়নবীনা শব্দ পুম্নমক্পু পুখি, অর্থগী মশক্ ওইবা বিশ্ব পুম্নমক্পু ইন্দুশেখরনা (মহাদেবনা) পুখি।" বায়ুপুরাণ।

করিগীনো গণেশ, উমা-মহেশ্বর-নচিংববু খুরুম্জরিবা? ঈশ্বরগী কৃপাদগী জ্ঞান কংজবনি।" (বিজয়গণি)

মসিদা উপমা অমসুং কাব্যলিঙ্গ অলঙ্কারগা য়ান্নয়ে। হর গৌরী উপমেয় মধংশিংনা অর্থগা শব্দগা উপমান।

কবি কালিদাসনা শব্দার্থগী মপুং ফাবা জ্ঞান নিজরি, করিনা হর-গৌরী শব্দার্থগী মশক্নি। অতুনা কাব্যলিঙ্গ অলঙ্কারনি। পরিশিষ্ট (খ) দা য়েংউ ॥ ১ ॥

২। মল্লিনাথ—মসিদা কবিনা মশাগী অহঙ্কার থাদোক্চরি। 'ক্বায়দা' হায়বা শব্দ অনিসিনা য়াম্না থেন্নবা উৎনি; হায়বদি সূর্য্য বংশ বর্ণন তৌবা ওস্নোই হায়বা তাক্নি। অতুগা বিষয় অতুগী প্রবন্ধ লেপ্পা য়াম্না লুই হায়বা ভাবনি।

সূর্য্যবংশগী মতিক-মগুণগী য়া হায়বনা মশানা লেংবা মহাকাব্যমক্কী মহত্ত্ব ফোংদোক্লি। মবমদি অসুম হায়নৈ—"বর্ণন তৌগদৌরিবা বিষয়গী মহত্ত্বদগী রচনাসু ফংনৈ।"

সূর্য্যদগী পোক্লক্লবা—পুরাণদা সূর্য্যবংশগী বিবরণ অসুম্না লৈ। ব্রহ্মা—মরীচি—কশ্যপ—সূর্য্য—মনু (বৈবস্বত)—ইক্ষ্বাকু-নচিংবা। সাগরবু-সমুদ্রবু। যজ্ঞগী শগোল্ থিবদা সগর রাজাগী মচানিপা ৬০,০০০ না পৃথিবী তৌথুনা পাতালদা চঙ্লম্মী। পৃথিবীগী য়াম্না চাওবা কোম্ অসি ঈশিংনা থাবদা 'সাগর' হায়না কৌনখ্রি।

শ্লোক অসিদা নিদর্শনা অলঙ্কার লৈ। মসিদা অর্থ তোঙাম্ব বাক্য অসিনা—' ঐগী বুদ্ধিনা সূর্য্যবংশ বর্ণন তৌব', পোঙ্না সাগর লাম্বগী মতৌগুম্ব '— অসিগুম্ব মাম্নবা অর্থদা মরী লৈহল্লে। পরিশিষ্ট ( খ ) দা য়েঙ্ঙু ॥ ২ ॥

**মোরুকম্মুদি**—মোরুনবগী মকম্ ওইবা মহাক (পাত্রঅমা) বহুব্রীহি সমাস। অরেপ্পা অর্থদা ' বু ' অমসুং ' দি ' অনিমক্ য়াওরে। অদুনা দ্বিগুণ ওইনা কয়' হায়রে। শূক্শোয় শোয়দনা মোরুরগনি হায়বা অর্থ উৎলি। 'মোরুকম্মুদি ওইগনি ' বিশেষ্য বাক্যনি ( noun clause ) ' খঙ্দবা ' গী কর্ম্মনি।

**বাং চাওরবা** - য়াংম্ব য়াংবা চাওসু চাওরবা মী অদু বহুব্রীহি।

**থীক্লেম্বদি**—থীক্ ( মথিক্ ) নেম্বা মী –থীক্লেম্ব বহুব্রীহি।

উপমা অলঙ্কার — উপমেয়    উপমান
অপঙ্বা    থীক্লেম্ব
কবিশিঙ্গী মিংচৎ    য়াং-চাওবনা ফংবা মহৈ ॥৩॥

**মল্লিনাথ** —অপঙ্বা ওইরবদি কাব্যরচনা তৌগে হোৎনবা থাদোকউ—মসিগী পাওখুম্ পীরি। অমরোমদা মমাক্লেঙগী জ্ঞানীশিংনা বাল্মীকি-নচিংবনা লেংবিরম্বা রামায়ণ-নচিংবা প্রবন্ধগী মশক ওইবা য়াহৈতনা উপায় ওইদুনা চঙে।

**বজ্র**—মচিন্দা হীরা ( বজ্র ) তোপ্পা রত্ন, মণিরূচিংবা হুৎনবা খুংলাই ( বুহ, লেপ্লেগুম্ব )।

উপমা অলঙ্কার :— উপমেয়    উপমান
বাণ    মণি

| উপমেয় | উপমান |
|---|---|
| মমাঙৈঙগী জ্ঞানী | ৰজ্র |
| কবি ( কালিদাস ) | লং ॥ ৪ ॥ |

**মল্লিনাথ**—সমাপিকা ক্রিয়া ( finite verb ) অমগী অন্বয় শ্লোক অনিনা ওইরগা 'যুগ্মক' কৌই; শ্লোক অহুম্না ওইরগা 'বিশেষক', মরীনা ওইরগা 'কলাপক' অদুগা অহুদগী হেন্বা শ্লোক্না ওইরগা 'কুলক' কৌই। মসিদা শ্লোক মঙানা সমাপিকা ক্রিয়া অমগী অন্বয় ওইরে, অদুনা 'কুলক' ওইরে। ( সাহিত্য দর্পণ )

**মহৈফংবা ফাওবা শূবা**—মসিনা থাঙ্বা কন্বা উৎলি। 'সমুদ্রয়োবা...... .. ওইরম্বা'—মসিনা ঐশ্বর্য্য উৎলি। অধি + ঈশ্বর = অধীশ্বর—মপু, মহারাজ।

রথগীলম্বী ... ..... লৈবিরম্ব'—মসিনা মপাঙ্গল তাক্ই। বিধি কায়দনা... . ...কৎলি রম্বা—মসিনা লাই ইরৎ পূজা তৌবা উৎলি। যজ্ঞগী অগ্নি (মৈ) অহুম্নি—দক্ষিণ, গার্হপত্য অমসুং আহবনীয়।

অনীৰ মীপুম্.........পীরম্বা—নীরবা মী = অনীবমী কর্ম্মধারয়, মখোয় পুম্নমক = অনীবমীপুম্ কর্ম্মধারয় মী মী—মীপুংদি হল্লা হায়বগী অর্থদা খুদিং অব্যয়গা লোয়ননা অব্যয়ীভাব। সম্প্রদান কারক ৪শুবা বিভক্তি। নীবা লাকপা মী পুম্নমক্কী অমমমদা মানা মানা পাম্ব পোৎ দান তৌরম্মী। মসিনা অতিথি সেবা উৎলি। অপাম্ অপাম্ব অহু ( পোৎ ) বহুব্রীহি।

অপরাধ...... তৌবিরম্বা—মসিনা নিংথিজবা বিচার উৎলি। দণ্ডগী বিধি = দণ্ডবিধি ৬শুবা তৎপুঃ।

**মতমচানা** ......... **হোৎনরবা**—মসিনা মতম চানা থবক তৌবা ভাকুই।

**মেহোক্লবগী**—'দমক্ অর্থদা ৬শুবা বিভক্তি। মতিক চাবা পাত্রদা দান তৌনবগীদমক, অরেম্বদা খরচ তৌনবগী-দমক নত্তে।

**লন্তাম্বা**—লম্ব্ ভাম্বা মখোয় অতু বহুব্রীহি।

**সত্যগীত**—দমক অর্থদা ৬শুবা বিঃ। অমেগ্ন অর্থদা 'ভ'। মায়থিবগীদমক নত্তে।

**রাঙাঙ্শম্বা**—অশম্বা রা-ভাঙ্বা মখোয় অতু বহুব্রীহি। মখোয়দি রা খরত ভাঙভম্মী। মরমদি রা য়াম্না ভাঙ্লবদি মিৎথ্যা য়াওরকই।

**মিংচৎকীদমক**—মিংচৎ তান্নবগীদমক, শেন্ তান্নবগী নত্তে।

**ঙম্নিংবা**—ঙমগে নিঙ্বা মখোম অতু বহুব্রীহি।

**মচাগীদমক য়ুম্বানবা**—অফাওব-মচা পোক্লবগীদমক নূপী-নহা থিরম্মী। কাম্ ভোগ তৌনবগী নত্তে।

**অঙাং মতমদা**—অধিকরণদা ৭শুবা। ব্রহ্মচর্য্য আশ্রমদা বিদ্যা তম্বা—বিদ্যাবু তম্বা মখোয় অতু বহুব্রীহি। বিদ্যা মথল ১৪ নি। বেদ ৪—ঋগ্, সাম্, যজু, অথর্ব্ব; বেদাঙ্গ ৬—শিক্ষা, কল্প, ব্যাকরণ, নিরুক্ত, জ্যোতিষ, ছন্দ। পূর্ব্ব অমসুং উত্তর মীমাংসা। ন্যায়, ধর্ম্ম-শাস্ত্র, পুরাণ। অতুগা আয়ুর্বেদ ধনুর্বেদ, গন্ধর্ববেদ অমসুং নীতিশাস্ত্র মরী অসিগা ঙম্নমক্লা বিদ্যা ১৮ নি।

**মখোক্লাবদা**—গৃহস্থাশ্রমদা।

বিষয়চাবা—বিষয়বু চারা মহাক মচু বহুব্রীহি। রূপ, রস, শব্দ, স্পর্শ, গন্ধ—ইন্দ্রিয়শিঙ্গী অর্থ (objects) বু বিষয় কৌই।

অহন্নমতম্দা—বানপ্রস্থাশ্রম্দা।

মুনিওইবা—মুনিগী শাজং চংপা। "অরাবদা পাথক্তবা মুত্তাইবদা পাম্শিন্দবা অপাম্ব-অকিব-অশাওবা লৈতবা মবুক্চেল লেঙদবা মীবু মুনি কৌই।" (গীতা ২।৫৬)।

মমৈদা—দেহত্যাগ তৌব-মতম্দা।

যোগনা—করণ কারক, ৩শুবা বিঃ। পরমাত্মা ধ্যান্ তৌদুনা হায়বদি না-য়েক্নুনা নত্তবা। "পুক্নিঙ্গী বৃত্তি পুমৈ লৈহন্দববু যোগ কৌই।" (পাতঞ্জল সূত্র)।

রঘুবংশ কীর্ত্তন—রঘু হায়বদি রঘুবংশগী রাজাশিং। রঘু-শিঙ্গী বংশ—৬শুবা তৎপুঃ। অদুগী কীর্ত্তন ৬শুবা তৎপুঃ।

থৌপামতুনা—হেতু অর্থদা ৩শুবা। থৌবু (থবকপু) পাম্বা ২শুবা তৎপুঃ। অদুনা।

শ্লোক্ ৭শুবদা 'য়েস্থোরবগী' 'সত্যগী' 'মিংচংকী' অমসুং 'মচাগী'—পরিসংখ্যা অলঙ্কারনি।

মসিদা প্রশ্ন তৌদনা কান্নবা ওইনা হায়রিবা 'য়েস্থোরবগী' নচিংবা পোত্তগী ভোগ-নচিংবা পোৎকী কান্নবা য়াওহন্দরে। পরিশিষ্ট (খ) দা য়েঙউ ॥ ৫—৯ ॥

মল্লিনাথ—মৌজিক কবি কালিদাসনা মশানা লেজবা প্রবন্ধগী বিচারগীদমক পণ্ডিতশিংদা প্রার্থনা তৌজরি। পণ্ডিত-শিংতনা কাব্য বিচার তৌরগা কান্নবা-কায়দবা খেপ্পিরিবনি। মথোয়তনা গুণ-দোষ বিচার তৌগনি উচ্চী।

গুণ-দোষ মুন্না খঙ্বা—গুণ অমসুং দোষ—দ্বন্দ্ব সমাস। অহুবু মুন্না খঙ্বা—মথোয় অহু বহুব্রীহি। জ্ঞানীশিংগী বিশেষণ।

অক-কত্তবা—অকবা অমসুং কত্তবা—দ্বন্দ্ব সমাস। শ্লোক অসিদা 'প্রতিবস্তূপমা' অলঙ্কার লৈ। মসিদা গুণ-দোষ খাগ্নদোকপা মরমগুম্ব সাধারণ ধর্ম্ম বাক্য অনিনা অমত্তা ওইরবস্থু তোঙায় শব্দনা তোপ্পা তোপ্পা উৎলি। পরিশিষ্ট (খ) দা য়েংঙু ॥ ১০ ॥

বৈবস্বত—'মনু'গী বিশেষণ। বিবস্বত (নুমিৎ)কী মচা।

মনু—কল্প অমদা মনু ১৪ পাল্লি। মথোয়গী নাম মথং শিংনা—১। স্বায়ম্ভুব ২। স্বারোচিষ ৩। উত্তমি ৪। তামস ৫। রৈবত ৬। চাক্ষুষ ৭ বৈবস্বত ৮। সাবর্ণি ৯। দক্ষ-সাবর্ণি ১০। ব্রহ্ম সাবর্ণি ১১। ধর্ম্ম সাবর্ণি ১২। রুদ্র সাবর্ণি ১৩ রৌচ্য অমদি দেবসাবর্ণি ১৪। ইন্দ্রসাবর্ণি।

মত্তাং অসিদা বৈবস্বত মনুগী রা হায়রি। মহাক তরেৎ-শুবা মনুনি। ঐ.খায় হৌজিক তরেৎশুবা মন্বন্তরদা লৈরি। বৈবস্বত মনু অসি সূর্য্য অমসুং সংজ্ঞাদেবীগী মচা নিপানি। মসিবু খ্বাইনা সাবর্ণি হায়নৈ অমসুং মহাক মথক্তা হায়খ্রিব নিপানুশুবা মনু ওইগনি।

প্রণব—'নিংথৌ' উপমেয়গী উপমান। অ+উ+ম্—অহুম অসিনা তিন্নববু ওঙ্কার অমদি প্রণব কৌই। বেদপাঠ তৌবদা অহৌবা অমসুং অরোইবদা 'ওঁ' শব্দ অসি হায়-গদবনি। ওঙ্কাবনা বেদগী অহৌব হায়বদি বেদ লৈবগী মন্ত্র ওইবা মরম্নি, মনুনিংথৌ পৃথিবীগীসু অহাম্বা মপুনি অমসুং

নিংথৌ পরম্পুরাগী অহৌবনি। করিমা বৈবস্বত মনুমক্ তরেৎ শুবা মন্বন্তরগী লুচিংবা মপুনি।

উপমা অলঙ্কার:— উপমেয় — উপমান

মনুনিংথৌ — প্রণব

( নিংথৌ ময়ামগী ) — বেদ পুম্বগী ॥ ১১ ॥

পবিত্র—অশেংবা। 'বংশ' গী বিশেষণ।

হেন্না শেংবা—'দিলীপ' কী বিশেষণ। মসিদা মনু বংশগী নিংথৌশিংদগী হেন্না শেংবা—অর্থ অসিদা নত্তে, মনু-বংশদগী হেন্না শেংবা অর্থ উৎলি।

রাজচন্দ্র—মল্লিনাথনা উপমিত কর্ম্মধারয়নি হায়—রাজা চন্দ্র-গুম্বা—রাজা অথোইবা। অথোইবা অর্থদা পৌববদি রূপক সমাসনি। রাজা চন্দ্রমক্নি। হায়বদি রাজা খ্বাইদগী থোই দাক হেন্দোক্লে—চন্দ্রগা মান্নবে। মসিদা ক্রিয়া উপমেয় রাজাগী অর্থ মতুংইন্নবস্থ বিশেষণ 'হেন্না শেংবা' য়াওবনা রূপক কর্ম্মধারয়নি।

ক্ষীরনিধিগী—ক্ষীরগী ( ঈশিঙ্গী ) নিধি ( লৈফম্ ) ৬শুবা তৎপুঃ—সমুদ্রগী ॥ ১২ ॥

মথৌদাংগুম্ব দেহদা—অধিকরণদা ৭শুবা। মাগী থৌ =মথৌ ৬শুবা তৎপুঃ। 'দাং' হাপ্নগা মথৌদাং হায়বদি তৌফম্ থোক্পা ( duty ) গী অর্থ ফো·দোকই। হায়বদি "শামু-শগোল তোংহনা লাম্হৌবা, মৃগয়ানচিংবা"—( নারায়নগী মত ) মহুদা গুম্বা।

ক্ষৈত্রি ধর্ম—ক্ষৈত্রিগী ধর্ম্ম—ষষ্ঠী তৎপুঃ। 'ক্ষেত্রি' 'ক্ষত্রীয়'দগী থোরকপনি তদ্ভব শব্দনি। ধর্ম্ম—প্রজা রক্ষানচিংবা ধর্ম্ম। মসিদা উৎপ্রেক্ষা অলঙ্কারনি। দিলীপ্ মূর্ত্তিপায়বা ক্ষেত্রি ধর্ম্মগুম্ লৌনয়ে। পরিশিষ্ট (খ) দা য়েঙ্ঙু।

তেজপুঞ্জ-মথ-দেহনা—তেজ পুঞ্জমক তেজ-পুঞ্জ কর্ম্মধারয়। অদুবু নথা মতু বহুব্রীহি। অদুগুম্ব দেহ কর্ম্মধারয়। অদুনা করণ কারক তৃতীয়া বিঃ। মহাক্কী তেজনা খ্বাইগী তেজ নম্বাংলম্মী। সুমেরুশু-সনা ঙাক্তনিনা মঙাল্ শুম্নমকপু নম্বাংলী। (চারিত্রবর্দ্ধন) রাজাসু মাইকৈ নিপাল্ ঙাক্পা। লাইগী অংশনা শাবনা অতৈ পুঞ্জমকপু তেজনা নম্বাংলি। (মল্লিনাথ)

সুমেরু-চীঙজাও—দিলীপ্কী উপমান। পুরাণগী ভূগোল মতুংইনা দ্বীপতরেৎ তিঙ্বা পৃথিবীগী ময়াই চবুক্তা লৈবা খ্বাইদগী য়াংবা অদুগা সনা ঙাক্ত ঙাইবা চীঙ্নি। সুমেরুগী মাইকৈ মরীদা থুমিৎ-থা-গ্রহ-নক্ষত্র-নচিংবনা কোয়রে লৈ। মসি দেবতাশিংনা লৈফম্নি অমসুং ব্রহ্মাগী তুংনফম্নি।

মসিদা 'অর্থ শ্লেষ' অলঙ্কার লৈ। অদুনা শ্লিষ্ট উপমানি। সুমেরুগা দিলীপকা তুলনা তৌরি। বিশেষণ খুদিংমক দিলীপ অমসুং সুমেরু—অনিমক্তা শিজিন্নগনি। পৃথিবীগী ময়াইদা লৈবা সুমেরু চীঙ্নি। মসিগী অরৈব পুম্নমক মীরম্নেন্ য়াংনদনি। মসিদা রত্ন-মণি অগাধ লৈ—মসিগী খ্বাইদগী য়াংব মতোন্ আকাশ ফাওই—মসিগী সনা মঙাল্না তেজ-পুঞ্জ নম্বাংলি। শুগ্না হাম্নবদা পাক্-চাওরবা পৃথিবী অসিবু সুমেরুনা পায়দুনা থম্লিরি। মহারাজ দিলীপকীসু মতৌ অদুগুম্না হিরম পুম্নমক

খ্বাইগী রাংমদনি। মহাকী খ্বাইদগী হেন্না কন্বা অমস্তুং রাংবা লেহ উরগা অহূগা তেজপুম্নমকপু নক্সংপা মশাগী মঙান উরগা মহাক্নস্থু স্থমেরুগী মতোগুম্না পৃথিবীবু রক্ষা তৌবিরি মাল্লে নিঙিঙ। পরিশিষ্ট ( খ ) দা য়েঙঙু ॥ ১৪ ॥

মসিদা রসনোপমা অলঙ্কার লৈ। উপমেয়না মথং মনাও নাইনা মথাগী উপমান ওই। মতুঙ্দি :—

| উপমেয় | উপমান |
|---|---|
| বুদ্ধি | মূর্ত্তি |
| শাস্ত্র খঙ্বা | বুদ্ধি |
| থৌ-হৌবা | শাস্ত্র-খঙ্বা |
| থৌ-পাঙ্বা | থৌ-হৌবা ॥ ১৫ ॥ |

কিব মেঙব রাজগুন্না —কিবস্থ কিব অহূগ। মেঙ্বস্থ মেঙবা ( বিশেষণ অনিগী কর্ম্মধারয় )। ' রাজগুন্না ' পদগী বিশেষণ। রাজাশিঙ্গী গুণ=ৎগুবা তৎপু:। অহূনা হেতু (মরম) অর্থদা ৎগুবা বিঃ। অকিব রাজগুণ—মতিক-মঙান তৌবা ঙস্থা-নচিংবা। অমেঙব-রাজগুণ—চানবিবানচিংবা। " নিংথৌনা থবক উবদা অয়াকৃপা অমস্থং অমেঙবা ওইগনি।" (মনুসংহিতা)

শা-ঙা-রত্নগী মরম্না—শা-ঙা লৈবনা সমুদ্রদা পাক্-চঙবা ওয়দে অহূগা রত্ন ময়াম লৈবনা খ্বাইনা চঙনরি। অহূগুমহূনা অকিব রাজগুণ উবদা প্রজাশিংনা কিহূনা নিংথৌদা পাক্ চঙবা ওয়দে অহূগা অমেঙবা রাজগুণ উবদা নিংথৌ প্রজাশিঙ্গী চঙজকম ওই। হায়বদি কত্তবগী কিনকম্ অমস্থং অকবগী চঙজকম্ ওই।

উপমা— উপমেয় উপমান
দিলীপ সমুদ্র ॥ ১৬ ॥

মন্নুগী নিয়ম কায়দনা—মনুদগী চৎনরক্লবা আচারবিধি কায়দনা।

উপমা অলঙ্কার— উপমেয় উপমান
দিলীপ সারথি ॥ ১৭ ॥

উন্নতিগী—চাওখৎনবগী। 'দমক' অর্থদা ৬শুবা বিভক্তি। কর—খাজনা। তরুক থোক্পগী শরুক অমা। পৃথিবী রক্ষা তৌবদগী পৃথিবীগী অথোক্পা পোৎকী তরুক্কী শরুক অমা নিংথৌগী ফংকম্নি। করি করিগুম্বদা লৈপাক লৈহাও কবগী মতুংইন্না মিপান্ নত্রগা তরানিথোই থোকপগী শরুক অমা কওওম্মী। করি করি পোৎকী শরুক কয়া নিংথৌগী ফংকম থোকপা মনুগী নিয়ম্ লৈরম্মী—শা-শজি-শঙাইগী য়াথ্রেথোক্-পগী শরুক অমা, চেং-কৌগী তরুক, নিপান্ অমদি তরানিথোই থোকপগী শরুক অমা নিংথৌগী ফংকম্নি। (মনু—সং ৭।১৩০)। অসিদ নত্তনা প্রজাশিঙ্গী ধর্ম্মগী তরুক্কী অমম্ন নিংথৌনা কওওম্মী। (মনু সং ৮।৩০৪)। ঋষিশিংদগী মথোয়গী তপস্যাগী তরুক্কী অমা রাজানা কওওম্মী। মরম অসিদগী রাজাবু 'ষষ্ঠাংশবৃত্তিঃ' কৌনৈ। রস—ঈশিং (বিশ্বকোষ)।

শ্লোক অসিদা প্রতিবস্তুপমা অলঙ্কার লৈ। দিলীপকা সূর্য্যগা তুলনা তৌরি। পরিশিষ্ট (খ) দা য়েঙউ ॥ ১৮ ॥

পোষাক্—শেৎনাচানবা পোচ্চং (ছত্র-চামরনচিংবা)।

**চতুরঙ্গ সেনাতনা**—শামু, শগোল্, লোলাই অমসুং থোংমী মরী অসিগী চতুরঙ্গ সেনা কৌই। চতুরঙ্গ য়াওবা সেনা—মধ্যপদ মাঙ্‌বা কর্ম্মধারয়। 'শাস্ত্রদা' 'লীরুংদা' 'সেনাতনা' 'পাম্বৈতনা' অসিদা দ-দ' ছেকানুপ্রাস, তনা-তনা অন্ত্যানুপ্রাসনি ॥ ১৯ ॥

**আকার ইঙ্গিতন**—আকার অমসুং ইঙ্গিৎ দ্বন্দ্ব সমাস। আকার—অরা-মুডাই তাক্পা পিগুম্ শূক্পা, মায়-ডাঙবনচিংবা মপানুগী মওংবু আকার কৌই। অতুপা হৃদিমুক্তী ভাব মতুং ইন্না তৌথোরক্পবু ইঙ্গিৎ কৌই।

**য়াম্ন-লোয়-মন্ত্রণা**—মী অনিনা মন্ত্রণা তৌবা শাস্ত্রবিধিনি। "নাকোং তরুক গুরব মন্ত্রণাদি খ্বাইনা থঙ্‌নরবনি। মাজানা মশামক্তা অনিগুবগা মন্ত্রণা তৌগদবনি।" ( মনুসং )

**মপোক্কীগুম্**—নহান্নুক্কী মপোক্তা তৌরকপদগী মহাক্না পোক্পদা য়াওরক্লবগুম্। মাগী পোক্পা মপোক ওগুবা তংপুং। মপোক্কীগুম্—সহসুপা সমাস। 'গুম্' গা লোয়নবা বিভক্তি মাঙ্‌দবা সমাস।

**থৌরম্**—থবক্কী নিয়ম্। হায়বদি সাম ( সন্ধি তৌবা ), দান, ( শেন্থু মপীবা ), ভেদ ( অমগামগা কায়নহন্না ) অমসুং দণ্ড ( লান্ তৌহ্না নক্নাৎপা )—উপায় মরী শিজিন্নবা।

**মহৈতদা থঙ্‌নবনি**—মন্ত্রণা মরিক অমা ফাওবা পাথোকলমদে। মহৈ উদ্রিফাওবা কনা অমতনা থঙ্‌বা ওমদে।

**মল্লিনাথ**— যাজ্ঞবল্ক্যনা হায়—রাজ্য হায়বসি মন্ত্রণানা মরুনি ; মরম অচুনা মন্ত্রণা মতম্ পূম্নমক্তা য়াম্না চেক্শিন্না

থমগৎনবনি, মহৈ থোরকত্রিবৈগী অকাঙকা কনা অমত্তগী থঙ্ হল্লো-ইদবনি ॥ ২০ ॥

মল্লিনাথ—হৌজিক সাম-নচিংবা উপায়শিং নত্তনা আত্ম-রক্ষানচিংবা তৌবগী হায়রি। অকিবগী মরম কৈত্রবস্তু ধর্ম-অর্থ-কাম বর্গ অছম অসিগী সিদ্ধি ফংনবগী মরমদা দেহতনা সহায় মপুংনি—মাথল অসিতদগী মহাক্না মশাগী দেহবু রক্ষা তৌরম্মী।

কিদনা—কিবা নত্তবা কিদবা নত্তব তৎপুঃ। অহুনা ক্রিয়া বিশেষণ। কিবদগী খ্বাইনা মশা কবৈ।

নাদনা—নাব নত্তবা নাদবা নত্তব তৎপুঃ। অহুনা ক্রিঃ বিশেষণ। খ্বাইনা না-য়েক্লগা লাই নিংনৈ।

ধর্ম্ম চৎলি—মসিদা চৎপা—গতি ( motion ) থঙ্নবা অর্থদা নত্তে। থবক তৌবা অমদি আচরণগী অর্থদা শিজিন-নবনি। অহুনা সকর্ম্মক ক্রিয়ানি। ধর্ম্ম চৎলি—ধর্ম্মগী থবক তৌই।

লুপ্তনা—লুপ্পা নত্তবা লুপ্তবা নত্তব তৎপুঃ। অহুনা—পাম্ শিন্দনা, আসক্তি লৈতনা।

শ্লোক অসিদা 'বিভাবনা' অলঙ্কার। মরম লৈতনা থবক থোকপবু 'বিভাবনা' কৌই। মশা কন্নবগী মরম লৈতনা দিলীপ্পা মশা কন্নম্মী। কিদনা—নাদনা—পাম্‌দনা—বৃত্ত্যনুপ্রাস। পরিশিষ্ট ( খ ) দা য়েঙউ ॥ ২১ ॥

মল্লিনাথ—অমা অমগা বিরুদ্ধ ওইবা গুণশিংগী মকম অমত্তদা লৈমিন্নবগী রা হায়রি। অতৈগী রা থঙ্লবস্তু তুমিন্না

লৈ—"মতৈগী না থঙ্‌লবস্থ হায়রোইদবনি তুমিন্না লৈগদবনি" ( কামন্দকঃ )। শক্তি লৈরবস্থ ঙাক্‌পি-ক্ষমা তৌবি। "শক্তি লৈবগী লৈতেংদি ক্ষমানি" ( চানক্যঃ )। দান তৌরগা—পীথোক্লগা হায়দোক্তে না'র শাদে। "পীরগা হায়দোক্লোইদবনি" ( মনুঃ )। মসিনা মহাক্কী গুণশিং—জ্ঞান, শক্তি, ত্যাগ—মথোয়গী য়েরুবা ওইবা, মৌন (তুমিন্নৈবা), ক্ষমা, মশা থাগৎপ-শিঙ্গা তোৎনবদগী পোক্‌মিন্নবগুম লৈমিন্নৈ—হায়বনি। মসিদা উৎপ্রেক্ষা অলঙ্কার লৈ। পরিশিষ্ট (খ) য়েংঙু ॥ ২২

মল্লিনাথ—জ্ঞান অমস্তুং চহি অহন্ ওইবা মথল অনিগী মরক্তা জ্ঞান বৃদ্ধত্বগী না হায়রি। মহাক পাথং ওইরবস্থ বিষয় পামদবনচিংবা জ্ঞান-গুণ লৈবদগী জ্ঞানবৃদ্ধ ওইরম্মী হায়বনি। টিকাকার নাথনস্থ হায়—বৃদ্ধত্ব মথল মরীনি। বৈরাগ্য ( বিষয়পাম্‌দবা ), জ্ঞান, শীল ( Profession ) অমস্তুং চহি। মসিদা দিলীপ্‌কী অহল্ মথল অহমগী না হায়রি।

বিষয়গী মথা পোল্লবা—বৈরাগ্য, বিত্তাপূর্ণমক হৈরবা জ্ঞান, ধর্ম্মচেন্নবা-শীল। হন্নুদনা—পোক হৌবা, মন্না তেক্‌পা মউন্-খুইবনচিংবা হন্নুবগী চিহ্ন লৈতনা হন্নুরবা—মথক্কী অথোইবা গুণ ময়াম অসি লৈবদগী হন্নুবা হায়বনি। মসিগা চাংদমবা য়াবা শ্লোক।

"মপোক হৌব মীতব্ কৌনদেদো অহন্।
মহৈহৈব পাথংবু কৌনৈ লাইনা অহন্॥" (মনুঃ সং ২।১৫৬)

॥ ২৩ ॥

মল্লিনাথ লমচৎ— অকবা লম্বী চৎহন্বা ; ভাকপা— অকিবা মরমদগী ভাকপা, আপদ কোকপিবা ; য়োকপা— চান-থক্রবা পীহুনা য়োকপা। ভম্মক্ অসিদগী রাজা দিলীপ মপা ওইরম্মী ; মখোয়গী মপ-মপাদি পোকপিবতা ওইরম্মী ; মতম পূম্মক্তা শিক্ষা-রক্ষানচিংবা তৌরিবা মী অদু মপামক্তি। হায়নৈ—"য়োক-থাকপা মী অদু মপানি।" ॥ ২৪ ॥

মল্লিনাথ—(১) "অপরাধ লৈতববু দণ্ডপীব অদুগা দোষীবু দণ্ড পীদব রাজাবু নিন্দা তৌনৈ অমসুং মহাক নরক ভায়।" ( শাস্ত্র বচন )

(২) অর্থ অমসুং কাম পাঙথোক্লবগীনি দণ্ড অমসুং বিবাহ হায়রবসি। অদুবু মহাক্না লৈপাক মরা চেংনা থম্নবগী অমসুং মচা-পাকপা ধর্ম্মগীদমক দণ্ড অমসুং বিবাহ অনি অসি তৌ-রম্মী ; মরম অদুনা অর্থ অমসুং কাম্মু ধর্ম্মগী মখুং চনহন্দুনা মহাক্না ধর্ম্মনা মপুং ওইনা চৎলম্মী।

প্রজা রক্ষাগী—প্রজাগী রক্ষা—৬ষ্ঠবা তৎপুঃ। 'মদুগীদমক' অর্থদা ৬ষ্ঠবা— লৈপাক ভাক্লবগীদমক ( অর্থ ভায়বগীদমক নত্তে )।

মচাগীদমক—( কাম্ ভোগ তৌনবগীদমক নত্তে )।

অর্থ কাম্দা—অর্থ অমসুং কাম দ্বন্দ্ব সমাস। মদুদা অধিকরণদা ৭ শুবা।

শ্লোক্ অসিদা পরিসংখ্যা অলঙ্কার লৈ। প্রজা রক্ষা-গীদমক্তি শেংলৈনবগী নত্তে, মচাগীদমক্তি, কাম ভোক্তী নত্তে। পরিশিষ্ট ( থ ) য়েংঙউ ॥ ২৫ ॥

মল্লিনাথ—রাজা দিলীপনা যজ্ঞ মপুং ফানা তৌদুনা স্বর্গ লোকপু অদুগা ইন্দ্রনা জলদান তৌদুনা ভূলোকপু য়োক-লিরম্মী। রাজনীতিদা অস্নুম্না হায়—রাজানা শেন তাঙ্খিল্লগা (ইন্দ্রনচিংবা লাইশিঙ্গী পেন্নবগীদমক যজ্ঞনচিংবা) মহা উৎসব তৌগনি ; অদু ওইরবদি ইন্দ্রনা পেম্বিদুনা মরাং কায়না নোং চুহনগনি। অসুম তৌদুনা অনিনা মরুম্মথুম ওন্নদুনা মহৈমহৈ স্বর্গ-মর্ত্যবু য়োক্লম্মী। রাজানা যজ্ঞনা ইন্দ্রলোকপু ইন্দ্রনা ঈশিংনা পৃথিবীবু য়োক্লম্মা।

মহৈ মরোঙ্গী—'দমক, অর্থদা ৬শুবা বিভক্তি। 'মরোঙ্গী' অর্থ য়াওদ্রবা শব্দ অলঙ্কার।

মরুম্মথুম—'মথুম' অর্থ লৈতবা শব্দ অলঙ্কার।

স্বর্গ-মর্ত্য—স্বর্গ অমসুং মর্ত্য (পৃথিবী) দ্বন্দ্ব সমাস। লাইরেম্পাক-মীরৈপাক।

মসিদা 'পরিবৃত্তি' অলঙ্কার লৈ। মান্নব পোৎ (যজ্ঞ তৌবা অমসুং নোংচুবা) ওন্নবা। "মান্নবা, অরাৎপা অহেন্না পোৎ ওন্নববু পরিবৃত্তি কৌই।" পরিশিষ্ট (খ) য়েংউ। ২৬॥

মল্লিনাথ—মতৈ নিংথৌশিংনা, অকি-অথংবগী ডাকুপিব রাজা দিলীপকী লিংচৎ অদু তাম্বা চমদে। মরমদি অহুবা (Theft) মীগী লন্দগী চখোরক্কনা মহু খউন-তানবা রাহৈত ওইনা লৈরম্মী। হুরান্বা লৈত্রবনিনা 'হুরান্ব' 'ডাকু'-নচিংবা শব্দতা ওইরম্মা। নত্রগা শব্দশিংসি করিম্নু লৈত্রবা অর্থদা শিজিন্ন-রবন্ন (ভাবকী দোলায়চিংবা), মসিদগী করিগুম্বা জ্ঞান

অমদি পোক্লে ; ন্যায় অসিগী মতুং ইন্না 'অতুবা' শূপনা রাহৈত লৈরম্মী, থাক্লেংবা মশক্ লৈরমদে ।

মল্লিনাথ—অকব মী বৈরী ওইরবস্থ অনাবগী হিদাকুম্না মাগী চান্নব ওইরম্মী, কত্তব মীবু চান্নব ওইরবস্থ লিন্না চীক্লব খুদোনগুম্ "মশাগী মাঙ্নবা ওইব পাম্বোম্মক্ কক্কদবনি" হায়বা ন্যায় (বিচার) দগী, থাদোক্লম্মী । হায়বদি মহাক্কী অকব মথৈ মরুপ্ কত্তব মথৈ বৈরী ওইরম্মী ।

উপমা অলঙ্কার —উপমেয় উপমান

| | |
|---|---|
| অকব মী | অনাবগী হিদাক্ |
| কত্তব মী | লিন্ন চিক্লব খুদোন্ |

মসিদা উপমান অমস্তুং উপমেয় লিঙ্গ মান্নত্রবস্থ পণ্ডিত-শিঙ্গী ভুংশা থীকম্ ওইরোই । (কাব্যাদর্শ ২।৫১)॥২৮॥

মল্লিনাথ—মহাক্কী মীগী ফনব তোবগী মরম্ হায়রি। বিধনা —ব্রহ্মানা মহাকপু দিলীপ্ন্ মহাভূত শাব-মচাক্না শেম্বিরম্লে—মসি ওইরমাল্লে হায়বা উৎপ্রেক্ষানি । মহুদি মহাভূত মঙাগী রূপরস-নচিংবা গুণশুম্না রাজা অসিগী গুণ পূন্নমক মীগী কান্নবতদা শিজিন্নরম্মী । মহাভূতকী গুণ মযাম্গা দিলীপ্কী গুণ মথৈগা তুলনা তৌরে—মসিদা কারণগী গুণ কার্য্যদা চঙ্লে হায়বা ন্যায় অসি থঙ্নরে ।

মহাভূত—ক্ষিতি (লৈপাক), অপ্ (ঈশিং), তেজ (মঙাল্, মৈশা), মরুৎ (নুংশিৎ), ব্যোম্ (আকাশ)—মহাভূত মঙা। ব্রহ্মানা মহাভূত শাব মচাক্ অহুমক্না দিলীপ্নু শেম্বিরম্লে ।

**গুণমখৈ**—গুণ ময়াম্মা তিষ্বা—গুণমখৈ সমাহার দ্বিগু। দিলীপ-কীরোম্দা দয়া-নচিংবা গুণ ময়াম্। মহাভূতকীনা—মনম্, রস, শক্, শোক্পা, মখোন্ (মখোয় অসি মথংশিংনা লৈপাক, ঈশিং, মৗান্, মুংশিং, আকাশ—মহাভূত মঙাগী গুণনি) মনম্নচিংবা গুণথিবিক্ অতৈগীদমক শেম্বিরম্মী, দিলীপ-কী দয়া-নচিংবা গুণমখৈশ্ম অতোপ্পগীদমক্তা শিজিন্নরম্মী। অতু-া মহা-ভূতকা দিলীপকা মচাক অমত্তনা শাদমাল্লে হায়না খঙ্নবে। উৎপ্রেক্ষা অলঙ্কাব। পবিশিষ্ট (খ) য়েংউ ।।২৯।।

**অতৈ-ঙাক্কবী**—অতৈনা ঙাক্কবী ৎশুবা তৎপুঃ। অতৈ ঙাক্প লৈতব—মহাক্কী অত্থুগুম্বী নত্তবা অর্থম্ম য়াওবা বহুব্রীহি। 'পৃথ্বী'গী বিশেষণ। অতৈ রাজা অমগী মথা পোন্দবী।

**মগর অমগুম**—অমতা ওইব নগর—মগর অমা কর্মধাবয়।

| | | |
|---|---|---|
| **উপমা অলঙ্কার**— | উপমেয় | উপমান |
| | পৃথ্বী | নগব অমা |
| | সমুদ্রমপান | চেকপন্ |
| | সমুদ্র | থাঙবাৎ ।।৩০।। |

**দক্ষিণাগুম্বী**—সুদক্ষিণাগী উপমান। যজ্ঞ লোইরগা ব্রাহ্মণ-শিংদা শেন দান্ তৌববু দক্ষিণা কৌই। বেদদা মসিবু যজ্ঞগী পত্নী (মুপী) গুম্মা হায়নৈ। দক্ষিণা প্রজাপতিগী (ব্রহ্মাগী) মচাম্বুপী ওইনম্ম হায়নৈ।

**মগধরংশদা পোক্লবী**—মগধ রাজাগী মচাম্বুপী। হৌজিক্কী মথাথংবা বিহার অসি মমাঙৈদা মগধ (কীকট) কৌনরম্মী।

মগধদেশ, বৌদ্ধ ধর্ম্মগী পোকফম্। গঙ্গা, অমসুং শোণ নাচীগী সঙ্গমদা লৈরম্বা পাটলিপুত্র অমদি পুষ্পপুর মসিগী রাজধানী ওইরম্মী। মসিগী খাইনগী রাজধানীদি গিরিব্রজ অমদি রাজগৃহনি।

উপমা অলঙ্কার—উপমেয় উপমান

দিলীপ যজ্ঞ

সুদক্ষিণা দক্ষিণা

দক্ষিণা যজ্ঞগী মুপীনি। দক্ষিণা হেক কংপদা যজ্ঞ মপুং ফাই। সুদক্ষিণাসু মতৌ অহুগুম্বা দিলীপকী হকচাং তম্মাইনি। সুদক্ষিণা য়াওরবদি দিলীপ মপুং ফাদে। ৩১॥

মল্লিনাথ—পৃথিবীপতি হায়রবা শব্দ শিজিন্নবনা দিলীপনা মশাবু ভার্য্যা লৈব ওইনা পল্লম্মী—মসিসু ভাক্রি। অহুনা মহাকী ভার্য্যা অহুম্নি—সুদক্ষিণা, রাজলক্ষ্মী অমসুং পৃথিবী।

পৃথিবীপতি—পৃথিবীগী-পতি (মবুঙো, স্বামী) ৬গুবা তৎপুঃ।

ভার্য্যা লৈব—মুপী লৈব।

রাজলক্ষ্মী—লৈপাক লাইরেম্বী।

মসিদা 'সমুচ্চয়' অলঙ্কার লৈ। সুদক্ষিণাগা রাজলক্ষ্মীগা তুলনা তৌরিদি হায়রবু উপমা অসি ব্যঙ্গ (suggested) অমসুং গুণীভূতনি (internal and not easily percieved on the outside) ॥৩২॥

মহৈ ফংবদা থীদোম্বা—'আশাগী বিশেষণ। মহৈবু ফংবা —২গুবা তৎপুঃ। মহুদা অধিকরণদা ৭গুবা বিঃ।

মচা পোকচনিঙবদগী—'মরম' অর্থদা ৫ গুবা বিঃ। মচাগী

পোক্পা ৬শুবা তৎপুঃ। মহুবু য়াম্না বিঙ্বা—মচাপোক্চনিঙবা—২শুবা তৎপুঃ। 'চ' য়ায়গী অর্থদা। মচা য়াম্না পোকচনিঙ্বা॥৩৩।

পাম্বোমকী—অপাকাম্বা ৫ শুবা। মথুংবা থাকচমমগী। অরূণ তাম্র—অরুণ দার (নৈপাক চাকপা) ॥৩৪॥

বশিষ্ঠ গুরু আশ্রমদা—অধিকরণদা ৭ শুব বশিষ্ঠ কৌবা গুরু মধ্যপদ মাঙ্বা কর্মধারয়, মাগী আশ্রম—৬শুবা তৎপুঃ।

মুংশিবয়াবা—মুংশিব-অরূপ- ছন্দগী শমজিবা। মুংশি-বস্তু মুংশিব লুমলুম—বিশেষণ অনিগী কর্মধারয়—মুংশিব অরূপ খোঙ্খোক্পা মহাক অতু—বহুব্রীহি। 'রথ'গী বিশেষণ।

রথ অমদা—অমত্তা ওইবা রথ—রথ অমা কর্মধারয়। মহুদা অধিকরণদা ৭শুবা। রথ অমদা হায়বনা মসি খঙ্নৈ—খায়না মমাডৈঙদা রাজাগা রাণীগা রথ অমদা তোংমিন্নরমদে। "According to ancient custom of India Kings and Queens do not drive in one and the same carriage", (Kale)

নোংথাং ঐরাবৎ মতৌগুম—নোংথাং অমসুং ঐরাবৎ—দ্বন্দ্ব সমাস। রাজা রাণী উপমান।

ঐরাবৎ—ইরা (ঈশিং) মহুদা লৈ হায়রুনা ইরাবান্ (সমুদ্র), মহুদা থোকপা ঐরাবৎ। নোঙ্গী মশক্তা লৈব নোংবু 'ঐরাবত' কৌই। (দক্ষিণাবর্ত্ত) ইন্দ্রগী শামুনি হায়না কাওরিবা ঐরাবত অতু নোং নত্তনা অতৈ করিস্থ নত্তে। ঋগেদ নচিংবদা ইন্দ্রবু জলদাতাগী মশক ওইনা বর্ণন তৌরি। মহাক্না নোং চালাইহুনা

পৃথিবীদা ঊশিং থিকৃথৈ। মরম অতুম্বা মহাক্কী বাহন (শাদোং) ঐরাবত—হায়রবদি নোংনি। থরিবরা ইন্দ্রলোকে মথং মতুং পাইবা শেংনা উবৈ; নোং অতুদা করি করিওবদা শাম্বুগী মশক্ মানবা য়াওই। কালিদাস-না মেঘদূত্তা নোঙ্গা শামুগা মশক্ মায়বগী য়া হায় (পরিণতগজ প্রেক্ষণীয়ম্—শামু ওইনা উথোয়রব); ক্ষীরস্বামীনা 'অভ্র মাতঙ্গ' (নোঙ-শামু)গী ব্যাখ্যাদা 'অভ্ররূপথাং' নোঙ্গী মশক্ ওইবদগী—হায়না হায়। নোংথাং নোঙ্গী মুপীনি। অতুনা নোংথ.ঙ্গী অর্থ মায়ব শব্দদি ঐরাবতনি। কালিদাসনশু মেঘদূত্তা ইথিরম্মী—"নোংথাংশু থোৎলবী মুপীনি" (২।১)। মরম অসিনা 'ঐরাবত' শব্দনা নোঙ্গী মথক্কী নোংতবু থড্নরে। মসিদা রথগা নোঙ্গা, দিলীপ.কা ঐরাবতগা, স্বদক্ষিণাগা নোংথাংগা চাংদমুরি। ৩৬।

আশ্রমগী বাব থজুনা—মী য়াম্মা চৎলবদি আশ্রমগী অরাবা ওইগনি হায়ব রাথন।

মতিক্ মগুণ-উবদা—'মরম' অর্থদা ৭শুবা। মতিক্ অমসুং মগুণ-দ্বন্দ্ব সমাস, মতুবু উবা-২শুবা তৎপুঃ মতুদা।

মসিদা উৎপ্রেক্ষা অলঙ্কার লৈ। নারায়ণনা 'ভাবিক' অলঙ্কার লৌই। মসিদ্য মমাইঙেওগী নায়কী য়ারি শংশংনা উবদৌনা বর্ণনা তৌরি। পরিশিষ্ট (খ) য়েংউ।।৩৭।।

য়েব-পেব—'মুংশিংনা' গী বিশেষণ য়েবদা পেব (মুডাইবা) মহাক্কা—বহুব্রীহি।

লৈরিক-হুব—লৈরিকপু হুব মহাক্কা বহুব্রীহি।

মন্তব্য—সংস্কৃত সাহিত্যগী কবিশিংনা বায়ুগী বর্ণনা তৌরদা বায়ুগী অংখোইবা গুণ অহুম্ বর্ণন তৌনৈ—অহাংবা, অতগ্না অমসুং মনম্ মুংশিবা। শ্লোক অসিদা 'বৈর-:পর' শব্দনা অহাংবা, 'কপ্লাহুর' শব্দনা অতগ্না অমসুং 'শাল্মনম্বর' শব্দনা মনম্ মুংশিবা তাকৃই। মসিগা বায়ুগী বিঃশষণ মথৈ উদ্দেশ্য (মতলব) তাক্পনা 'পরিকর' অংকার ওইরে। পরিশিষ্ট (খ) য়েংউ ॥৩৮॥

রথ চক্র মখোস্তাব—'রাহোংশিঙ্গী' পদগী বিশেষণ। রথগী চক্র (চাকা) ৬গুবা তৎপুঃ। মহুগী মখোন্ ৬গুবা তৎপুঃ। মহু স্তাব মহাক অহু বহুব্রীহি। রথ চক্রগী অরূম মখোস্তাবদা রাহোং সাবামোম্মা লোংখোং মাল্লে নিঙ্ছুনা মরাই থাঙ্গতুনা খোংলম্মী।

পুক্লিং হুবী—'কেকা'গী বিশেষণ পুক্লিংবু হুবা—২গুবা তৎপুঃ স্ত্রীলিঙ্গদা ঈ কার।

ষড়্জ খোক্পী—'কেক'গী বিশেষণ। সেতার, এস্রাজ নচিংবগী তন্ত্রী (তার) অমসুং খৌরিদগী খোরকপা স্বর মখল অমবু 'ষড়্জ' কৌই। নাতোন্, থৌরী, থবাক্, ভো, লৈ অমসুং য়া—মফম্ তরূক অসি লোক্না খোরক্পদগী মসিগী মমিং 'ষড়্জ' কৌই। ষড়্জ স্বর স্বরগ্রাম্ তরেৎকী অহাম্বনি। স্বর তরেৎ —ষড়্জ, ঋষভ, গান্ধার, মধ্যম, পঞ্চম, ধৈবত অমসুং নিষাদ। অশম্বদা—সা, রে, গা, মা, প, ধা, নি হায়নৈ। ভারতকী সঙ্গীত শাস্ত্রকারশিংনা হায়—স্বর তরেংকী মহুৎ শিন্না প্রকৃতিগী রাজ্যদা লৈ। মহুদি, রাহোঙ্গী ষড়্জ স্বর, চাতকী (নোঙ্গৌবী) ঋষভ,

হাসেংজী গান্ধার, ক্রৌঞ্চগী মধ্যম, বসন্ত মতমদা কোকিলগী পঞ্চম, বরিষাদা হডোইগী ধৈবত, সদাই শামুগী নিষাদ (মাতঙ্গমুনি) মরম অসিদগী কালিদাসনা শ্লোক অসিদা রাহোঙ্গী কেকাবু 'ষড়্জ থোকৃপী' হায়বদি ষড়্জ স্বরগা মান্নবা হায়রি।

কেকা অনি—রাহোঙ্গী মখোন্ অনি। কে-কোক্তা কায়ন্থি থোডিঙ—হায়তুনা কেকা—রাহোঙ্গী বাণীনি (অমরঃ)। অনি থে কৃপা কেকা—কর্ম্মধারয়। টিকাকার নারায়ণগী মত্তা—স্নিগ্ধ (অঙ্গৈংবা, অথোংপা) অমসুং দীপ্ত (অশাবা, অয়াকৃপা) মথল অনিনি। অওকপদা স্নিগ্ধ অন্থুগ অকিবদা দীপ্ত ওই। মতাং অসিদা মমাঙৈদ্দা উথিল্লিবা মহারাজ দিলীপ্ উবদা অওবৃপা অমসুং অকিবা ওইরম্মী। মল্লিনাথগী মত্তা শুদ্ধ (অশেংবা) অমসুং বিকৃত (শেংদবা) নত্রগা চ্যুত অমসুং অচ্যুত হায়না ষড়্জ স্বর অনিনি—শ্রুতিমরী—তীব্রা, কুমুদ্বতী, মন্দা, ছন্দোবতী—অসিনা তিল্বা ষড়্জ স্বর শুদ্ধ (distinct) নি, নত্রবদি বিকৃত (in-distinct) নি। অন্থুগা চ্যুত (broken) অমসুং অচ্যুত (un-broken) হায়না ষড়্জ অনিনি। অরোইবদা ছন্দোবতী শ্রুতিদা থোকৃপা ষড়্জ স্বব অচ্যুতনি, অতৈদনা চ্যুতনি। টিকাকার অয়াম্বগী মত্তা নিপা নূপী থায়বদগী খোস্থোক মথল অনিনি। "মীগী কোক্তা যন্ত্রদা ধ্বনি (মথোন্) ২২ থোকই। অমমন্থু শ্রুতি কৌই। থোরীদা মধ্য স্বর অন্থুগা কোক্তা তার (অয়াংবা) স্বর শক্তে"—(সঙ্গীতমণি)। য়াম্না য়াংবা ধ্বনিবু তার কৌই ॥৩৯॥

লম্বী মাক্তা—অধিকরণদা ৭শুবা। লম্বীগী মনাক ৬শুবা তৎপুঃ। মতুদা।

শজি তুমা—শজি তুমাদা ছন্দগী (দা) ফুপ্পা। শজি-মতৌ মনাও। নুপী-নিপা অনিবু তুমা কৌই। 'তুমা' শব্দ য়াওবনা মসি খঙ্‌নৈ। দিলীপ্পা হরিণীদা সুদক্ষিণাগী মীৎমায়বা অতুগা সুদক্ষিণানা হরিণদা দিলীপ্‌কী মীৎমায়বা য়েংলম্মী ॥৪০॥

মরায় কাঙ্‌না—ক্রিয়া বিশেষণ। মরায়বু কাঙ্‌না—২ শুবা তৎপুঃ।

লৈয়াং পরেং—লৈয়াঙ্গী পরেং—৬শুবা তৎপুঃ। 'য়াইস্নু-শিংনা'গী বিধেয় বিশেষণ।

খোঙ্‌ য়াওদবা—মখোঙ্‌ পান্দবা। খোঙ্‌বু য়াওদবা ২ শুবা তৎপুঃ।

সনখোঙ্গী—সম্বন্ধদা ৬শুবা। মশক্ নাইবা অতিথি লাক্পদা সহরদা লৈপরেং য়াম্দুনা চানবা মক্তুবা সনখোং (temporary gate) শানৈ। য়াইস্নুশিংনা পরেং শানা আকাশদা পাইবহু সনখোঙ্গী লৈপরেংশুন্না লোয়ে। মসিদা উৎপ্রেক্ষা অলঙ্কা'রনি। য়াইস্নুপরেং লৈপরেং ওইনা লোয়ে। উৎপ্রেক্ষা খঙ্‌নবা 'শুম' নচিংবা শব্দ য়াওদবনা 'গম্যমান' উৎপ্রেক্ষা ওইয়ে ॥৪১॥

অনিঙবা থুংবা খঙ্‌হম্বা—'ইরোইনবনা' গী বিশেষণ। অনিঙ্‌ববু থুংবা ২শুবা তৎপুঃ। মতু খঙ্‌হম্বা মতুনা মহাক অতু বহুব্রীহি।

মালংবা-ইরোইনবনা—"খরম" অর্থদা ৩শুবা। মালংববু ইরোইনবা ২শুবা তৎপুঃ। মচুপী। "মুংশিং ইরোইনবা অকবা থুদগ্নি মায়োকুবা কত্তবা থুদগ্নি" (শকুন নির্ণয়দা)। "যাত্রা তৌবদা মুংশিব-মনম-নম্নবা, য়াইকবা রাহৈ তারবা অঁমসুং মুংশিং ইরোইনরবসি থবক পূবগী সিদ্ধি লেপ্পা ওই।" চারিত্রবর্দ্ধন।

শন্নাং-কোয়েত্তা—অধিকরণদা ৭ শুবা। শন্নাং অমসুং কোয়েং বহু সমাস। সুদক্ষিণাগী শন্নাং অচুপা দিলীপ্‌কী কোয়েং ॥৪২॥

ইথক্‌ শাক্ষ—ইথক শন্নবদা-হুন্দগী শম্‌জিষা ইথক্কা শন্নবা ৬শুবা তৎপুঃ। অচুদা 'মরূক' অর্থদা ৭শুবা দ্বিঃ।

মশাগী খর চানবা—'মনম্‌' গী বিশেষণ। মশা মশাগী মমথা মাত্রবা। মজিনা দিলীপ্‌কী অকবা নিপা মপোক্‌ অচুগা সুদক্ষিণাগী অমত্তবা নূপী মপোক্‌ তাকুই। (মল্লিনাথ) দিলীপনা থুমান্দ্‌ মনম্‌ অচু সুদক্ষিণাকী খর মনম্‌শুগ্না নম্নগী। (নারায়ণ) খর মনম্‌ মুংশিবা আঙ্কবক কবা থুদগ্নি ॥৪৩॥

মশামক্তা পীথোকুবা—'খুন্দা' গী বিশেষণ। মমাউঙদা ভারতকী রাজাশিংনা বেদ-বিধি মতুংইন্না যজ্ঞ তৌনবগীদমক যাজ্ঞিকশিংদা গ্রাম্‌দান তৌনরম্মী।

যূপ চিহ্ন লৈবা—'খুন্দা' গী বিশেষণ। যূপ যুংচুনা লৈবা। যজ্ঞগী শা পুম্নবগীদমক মন্ত্র পোন্দুনা শেংদোকুবা উচুকপু যূপঃ কৌই। যাজ্ঞিকশিংনা ইতত্তুনা যজ্ঞ তৌদুনা লৈরে মাখল্লি

যূপ লৈবনা মচুগী খুদম্নি। যাজ্ঞিকী—বেদ বিধি কায়দনা যজ্ঞ তৌবা ব্রহ্মণশিংদী। সত্য আশীর্বাদ—শোয়দ্রব (মহৈয়ামকদবা) আশীর্বাদ ॥৪৪॥

অনৌব ঘী—অনৌব ওইবা ঘী—কর্মধারয়। গোপ অহন্দা গৌণ-কর্ম। অহন্ ওইবা গোপ—কর্মধারয়। গোয়ালা অহন্দা। মমিং মথা—মুখ্যকর্ম। 'মথা' অর্থ য়াওদব, শব্দ অলঙ্কার '।৪৫।

অশেংবা কিজেং শেংলিব—'অনী' গী বিশেষণ। অশেংব কিজেং কর্মধারয়। মচু শেংলিব মখোয় অচু বহুব্রীহি।

লম্‌দা থাগী পুর্ণিমাদা—অধিকরণদা ৭শুবা বিঃ। লম্‌দা কৌবা থা মধ্যপদ মাঙবা কর্মধারয়। মচুগী সম্বন্ধ ৬শুবা। পূর্ণিমাদা—পুর্ণিমা তিথিদা।

চিত্রা-চন্দ্রমা— মতৈমনাওগী উপমাননি। চিত্রা অমসুং চন্দ্রমা (পূর্ণিমা থা) দ্বন্দ্ব সমাস। লম্‌দা থাগী পুর্ণিমা মু-মিত্তা চিত্রা কৌবী নক্ষত্রগা চন্দ্রগা মিলন ওই। উপমা অ-লঙ্কারনি। সুদক্ষিণা উপমেয় চিত্রা উপমান অচুগা দিলীপ্ উপমেয় চন্দ্রমা উপমান। অলঙ্কার খণ্ডব বিশ্বনাথগী মত্তি শ্লোক অসিদা মতম খেন্নবনা ভগ্নপ্রক্রমত্ব (মখং মনাও কায়বা) দোষ ওইরে ॥৪৬॥

বুধমাষ—'দিলীপ্' কী বিশেষণ। বুধ- (থাগী মচা) মাষ—চাংদম্নকম্ ওইবা মাগী (মশক) অচু বহুব্রীহি। মল্লিনাথ—বিশেষণ অসিগী তাৎপর্য্যদি—দিলীপ্পা সুদক্ষিণাদা অচু-চু তাক-লম্বা অচুগী মরম মহাক্ মশামন্না খণ্ডলক্ষ্মী। নারায়ণগীমত—

বিশেষণ অসিনা দিলীপ্‌পু অচৌব রাজবংশগী হৌজোক্‌পা ওইনা খণ্ডহল্লি। চন্দ্রবংশ—চন্দ্র-বুধ-পুরুরব। অসিনচিংবা।

মহীপতি—মহীগী (পৃথিবীগী) পতি (মপু) ৬ষ্ঠবা তৎপুঃ।

উব-রাইকবা—উবদা রাইকবা ওইবা মহাক অদু বহুব্রীহি।

উপমা অলঙ্কার—দিলীপ্‌ উপমেয় বুধ-উপমান।৪৭।

রানা কংবা মিংচৎপা—'দিলীপ' কী বিশেষণ। রানা কংবা মিংচৎনা মাগী ওইবা মহাক্‌ বহুব্রীহি।

মশাগোনম্ম চোক্‌থবা—'দিলীপ' কী বিশেষণ। মাগী শগোন ৬ষ্ঠবা তৎপুঃ। চোক্‌থবা— শগোন্না মাগী ওইবা— বহুব্রীহি।

মহর্ষিগী—বশিষ্ঠগী। মহান্‌ ঋষি—মহর্ষি-কর্মধারয়। মহা+ ঋষি আশীর্বাদ পীবতনা মনোবাঞ্ছা থুংহনা মহাক অদু মহর্ষিনি।৪৮।

সমিৎ-কুশ-ফল য়াওবা—'তপস্বিশিং'গী বিশেষণ। সমিৎনে (যজ্ঞগী শীং) কুশনে ফলনে (উৈংনে)—সমিৎ-কুশ-ফল—দ্বন্দ্ব। মখোম্‌ য়াওবা মখোয় অদু বহুব্রীহি।

তপস্বীশিংনা—তপস্বোবশিংনা, ঋষিশিংনা।

উহন্দবা মৈনা ওক্‌পা—উবা প্রেরণার্থক্রিয়া (causative) হন্‌' হাপ্পা উহবা—নত্তবা অর্থদা 'দ'—উহন্দবা—'মৈনা' গী বিশেষণ। যজ্ঞগী মৈনা উহন্দনা মখোয়বু ওক্লমী। শ্রুতিদা অময়া লৈ, লংকৈ চৎথিবা মপা ময়ুমদা হল্লক্‌পা উবদা মচাশিংনা

আহুতি গন্ধ থল্লবা— 'মৈথুনা' গী বিশেষণ। আহুতিগী গন্ধ-৬ষ্ঠবা তৎপুঃ। অহুনা থল্লবা অহু বহুব্রীহি। মৈদা ঘী-ন চিংবা কৎপবু আহুতি কৌই।

অতিথি—'অ' লৈতবা তিথি ( লাকপগী অরেপ্পা মতম্ ) মাগী-বহুব্রীহি। "অহিং অমা পম্বা অতিথিবু ব্রাহ্মণনি খঙ্‌লৈ। কয়ানি লৈনি লেপ্তবদগী অতিথি কৌবৈ।" "শাগৈ, জাত, গোত্র, লৈকম্ খঙ্‌দবা, মকম্ মরাং খঙদনা মুমদা লাক্‌পা মীবু জ্ঞানিনা অতিথি কৌবৈ।" ( মনুসংহিতা ) ॥৫৩॥

ইন্দ্রিয় য়াম্না লাকশিন্বা—'তপস্বীশিংনা' গী বিশেষণ। ইন্দ্রিয়বু য়াম্না লাকশিন্বা মথোয় অহু বহুব্রীহি। মসিনা রাণী-দর্শন য়াই হায়বা খঙহল্লি। দণ্ডনীতি মুম্না খঙবা—'নিংথৌ'গী বিশেষণ। দণ্ডগী নীতি ৬ষ্ঠবা তৎপুঃ। মহুবু মুম্না খঙ্‌বা মহাক্ অহু বহুব্রীহি। তাম্না-তাম্না—ছেকানুপ্রাস ॥৫৫॥

সন্ধ্যাকর্ম্ম—সন্ধ্যাগী কর্ম্ম—৬ষ্ঠবা তৎপুঃ। জপ, হোমচিংবা সন্ধ্যাদা তৌবা কর্ম্ম। লোইরবদা—অধিকরণদা ৭মবা। বশিষ্ঠগী জপ-হোমচিংবা লোইরবদা দিলীপ্না মহাক্না উনরম্মী। করিনা— "যজ্ঞগী শীং, লৈ, কুশ, মৈ, ঈশিং, লৈপাক্, চেং-চাক্, যব-পায়বা, জপ-হোম্ তৌরিবা—দ্বিজবু খুরুম্জদে।" (মল্লিনাথ)

স্বাহা লোয়নবা মৈগুবা— স্বাহা— অগ্নিদেবগী পত্নীনি। অগ্নিদেবদা আহুতি পীবদা শোম্বা মন্ত্রবু 'স্বাহা' কৌই।

অরুন্ধতী ফম্মিনবা—অরুন্ধতীগা ফম্মিনবা—৬ষ্ঠবা তৎপুঃ। ফম্মিনবা হায়বদি থোগতবা ( মল্লিনাথ )। বশিষ্ঠগী জপ-হোম্-মচিংবা লোইরবা মতুংদা অরুন্ধতীনা পতিব্রতা ধর্ম ভাক্লবগী

মহাক্কী ময়াদা থোগল্লম্মী। ( মল্লিনাথ ) বশিষ্ঠ, অরুন্ধতী উপমেয় মথংশিংনা মৈ, স্বাহা উপমান ॥৫৬॥

মাগধী—মগধগী রাজকুমারী সুদক্ষিণা।

গুরুপত্নী—গুরুগী-পত্নী—ওগুবা তংপুঃ। অরুন্ধতী।

চরণশিংদা—অরুন্ধতী-বশিষ্ঠগী চরণশিং। "বহুবচন অসিগা রাজা অমসুং রাণী এক বচনশিং শিজিন্নবনা মসি তাক্ই—দিলীপনা ভক্তি তৌনা বশিষ্ঠগী চরণ খোল্লম্মী অমসুং মতুদা মুনিগী মতুংদা কম্লিবী অতুগা মহাক্না হবৃথেংননা মখোঙ্ শোক্পা ওম্দবী অরুন্ধতীদম ভক্তি তৌরম্মী। সুদক্ষিণানা অরুন্ধতীগী চরণদা খুকম্নম্মী—অদুনা মহাক্না মুনিগী চরণ হক্থেংননা শোকত্রবম, অনিমক্না ভক্তি তৌরম্মী হায়বা তাক্ই।" ( কালে ) ॥৫৭।

কুশল—য়াইফবা-ঈ-পাও। শাস্ত্রগী মতুংইন্না ব্রাহ্মণদা কুশল, ক্ষেত্রিদা স্বাস্থ্য (healthiness), বৈশ্যদা ক্ষেম (নুঙাই-য়াইফবা) অমসুং শূদ্রদা আরোগ্য ( না-য়েন্দবা )-হঙদবনি। ( মনুবচন ) মহারাজ দিলীপ্ ক্ষেত্রি ওইরবসু মঙোন্দা কুশল প্রশ্ন তৌরম্মী। মরমদি দিলীপ্ মশাগী অচৌবা মতিক্ মগুণনা ব্রাহ্মণদা তৌবা হৌনবা কুশল প্রশ্ন তৌব যোগ্য-ওইবম্মী। অদুনা মহাকপু 'মুনিগুম্মবা' হাইনা শব্দোক্না তাক্লি। (মল্লিনাথ)।

রাজ্যদা কুশল হংলম্মী—নিংথৌদা রাজ্যগী কুশল হংলম্মী। রাজ্যদি অঙ্গ তরেংনা তিন্নবনি মতুদি—"স্বামী, অমাত্য, পুর, রাষ্ট্র, কোশ, দণ্ড অমসুং সুহৃৎ-তরেং অসিবু য়াইনা রাজ্য

কৌনৈ।" ( মনুবচন ) (১) স্বামী—রাজা অমদি পুরোহিত। (২) মন্ত্রী (৩) নিংথিনা ডাক্লেম্বা পুরী ( কিল্লা; কোল্লুং ) (৪) দেশ (৫) কোশ—রাজ-ভাণ্ডার ( treasury ) (৬) দণ্ড-লাম্মী। শামু, শগোল, রথ, থোংমী। (৭) সুহৃৎ-মিত্র (মরূপ)। নাগরিক ময়ামগা ( citizens ) য়াওনা রাজ্য অঙ্গ নিপাল্লি হায়না অয়াম্বনা লৌনৈ।—মুনি—মুনি—ছেকানুপ্রাস।

মুনিগুম্মবা—রাজ্যগুম্ব আশ্রমদা মুনিগা মান্নবা ॥৫৮।

অথর্বৈ তুংফম—মহর্ষি বশিষ্ট ইক্ষ্বাকু বংশগী কুলগুরু অমসুং পুরোহিত ওইরম্মী। পুরোহিতকী অথোইবা গুণ দ অথর্ব বেদ মুন্না খঙবনি। বেদ অসিদা শান্তি, স্বস্ত্যয়ন (মঙ্গল ওইনবা অমদি অমঙ্গল মাঙনবা ধর্ম্ম-কর্ম্ম তৌবা ) অসিনচিংবা য়াওরি। বশিষ্টদি পুন্নমক অসি খঙবি, অদুনা মহাক্ অথর্ব বেদগী তুংনকম্মি। (মল্লিনাথ) অর্থ য়াওনা—ধর্ম্ম, অর্থ, ন্যায় কায়দনা ॥৫৯॥

মী-লাইগী অরাবশিংবু—মী অমসুং লাই—দ্বন্দ্ব সমাস।

মীদগী লাকপা অরাবশিং—মন্ত্রী ( যুক্তিপ্রমাণ চাদবা বা হায়বা ), হুরাম্বা, বৈরী, নিংথৌনা চান্না তৌবা অমসুং নিংথৌ ওইনিংবা ( মল্লিনাথ )।

লাইশিংদগী লাকপা অরাবশিং—নৈ, ঈশিং, অনা-অয়েক্, চাক্কাওবা অমসুং শিবা—( মল্লিনাথ )।

অজ-অয়েৎ—শ্লোক ৫৮দা য়েংবীয়ু ॥৬০॥

মল্লিনাথ—মসিদা মীগী আপদ্‌কী প্রতীকার হায়রি। অরাপ্পবগী—উদ-খণ্ড্‌বা বৈরীশিংবু খণ্ড্‌নৈ। মন্ত্রহৈব অদুগী মন্ত্র ময়াম্না অউব-লক্ষ্য ককপা ঐগী তেন্‌ ময়াম্নু হলহল্লবগুম্‌ তৌরম্মী। ঐখোয়গী ( মন্ত্র ) বৈরী নাশ তম্মী; তেন্‌ ময়ামগী করি অমুক্‌ দরকার লৈগদগে? মখোয়দি অতোইববু তকৃথায়বা ভারবনি। উৎপ্রেক্ষা অলঙ্কারনি। অউব লক্ষ্য-কল্লবা—ঐগী তেন্না মায়রোল্লবা মেরুবমথৈ হাৎপা ভম্মী, উদ-খণ্ড্‌বা হকৃথেং-নববরুদি ওমদে হায়বা ইঙ্গিৎনি। মন্ত্র-মন্ত্র-মন্ত্র—বৃত্ত্যনুপ্রাস ॥৬১॥

মল্লিনাথ—হৌজিক লাইগী আপদ্‌-প্রতীকার হায়রি। মমুনা হায়বিরম্মী—মৈদা বিধি নাইনা কৎপা আহুতি অদু সূর্য্য য়ৌই; সূর্য্যদগী নোং, নোংদগী-অন্ন ( চান-থরুবা ), অন্নদগী প্রজাশিং পোক্লকই। নোংচুদবদা কঙ্গবা—নোংচুত্রগা হেক্তা কংবা মনা মশিং ॥৬২॥

অকিব—উৎপাৎ— অকিব অমস্তুং উৎপাৎ— দ্বন্দ্বসমাস। অকিবা-অশি-অনা। উৎপাৎ-মথল তরুকৃনি—নোংয়াম্না-চুবা, ইচুচুদবা, উচি ( মখোয়না কৌনচিংবা মাঙ্‌হল্লি ), কৌজেং-হারৌ ( মখোয়নস্থ মহৈমরোং মাঙ্‌হল্লি ), তেন্দুবা অমস্তুং নরুবা নিংথৌ ( মখোয়না লাম্ভারকপগী কিব )। (মল্লিনাথ) মীওইবগী পুন্সি —“মীওইবগী আয়ুদি চহি চামনি” (শ্রুতি)। “সত্যদা লক্ষ-লিশিং ত্রেতাদা অযুত, দ্বাপরদা লিশিং কলিদা চহি চামা।” ( বিজয়গনি )। ব্রহ্মতেজ—অচার-নিয়ম্‌ নাইনা তপস্যা অমস্তুং বেদ-চর্চ্চা তৌবগী মগুণ ॥৬৩॥

ব্রহ্মাগী মচানি—বশিষ্ঠ ব্রহ্মাগী মানস পুত্রনি। মরীচি, অত্রি, ভগবান অঙ্গিরা, পুলহ, ক্রতু, পুলস্ত্য অমস্তুং বশিষ্ঠ তরেৎ অসি ব্রহ্মাগী মচান (ব্রহ্মপুরাণ)। মনুসংহিতাদা বশিষ্ঠ স্বায়ম্ভুব মনুগী মচা ওইনা হায়রি। মহাক্ প্রজাপতি তরাগী অমনি। (মনুসংহিতা)। গুরু-গুরু-গুরু বৃত্ত্যনুপ্রাস।।৬৪।।

মল্লিনাথ—হৌজিক্ লাক্পগী মরম হায়রি—রত্ন পুম্নমক্কী মচা হায়বা রতন্না খ্বাইদগী হেন্না উৎলে।

রত্ন পোকপী রত্ন ময়াম্বু পোকপী মহাক অদু বহুব্রীহি অক্ষ-অক্ষবা পোৎ মখৈবু বত্ন কৌনৈ। মেদিনী—পৃথিবী। মধু অমস্তুং কৈতভগী মেদ (মতোং) দগী পৃথিবী শেম্থি। অদুনা পৃথিবীবু মেদিনী কৌই। পুরাণদা দ্বীপ্ তরা নিপানুগী মমিং হায়রি। পৃথিবীবু দ্বীপ তরেৎ লৈবীশু হায়রৈ। জম্বু, প্লক্ষ, শাল্মল, কুশ, ক্রৌঞ্চ, শাক, পুস্কর, ইন্দ্র, কুশেরুমান্, তাম্রবর্ণ গভস্তিমান্ নাগ, সৌম্য, গন্ধর্ব, বারুণ, ইলাবৃত, চন্দ্র অমস্তুং আদিত্য। ক্ষসিনা-ক্ষসিনা লাটানুপ্রাস। অর্থ মায়রবসু তোঙান্ তোঙাম্বা শব্দগা তিন্নবনা অর্থ মায়দরে।

মল্লিনাথ—লাইরবশিংনা মতুঙ্গী ওয়া-অনঙ্গীদমক শেন্থুম্ থর-পৈশিন্দুনা থম্মী হায়বা ভাব উৎলি।

শ্রাদ্ধগী—পুম্নমক শ্রদ্ধা (পুক্নিং শেংবা অমস্তুং নোললুকপা) গা লোয়ননা কংলি হাপ্চনা শ্রাদ্ধ কৌই। (প্রতিমা নাটক)

থরাই স্নাওনা পৈশিবদা— শ্রাদ্ধদা কংপা অম চাদনা মচুনীমনক মচু তুংশিন্দুনা থম্মী—মরমদি দিলীপ্‌কী মচুংদা মখোয়দা কনা অমতনা পিণ্ডদান তৌররোই, করিনা দিলীপ্‌ মচা পোক্তে। ইপা, ইপাপোকৃপা (ইপু) অমম্ভং ইপুথৌ-পিণ্ড শরুক্‌ কংবা; ইবুধৌগী মথকী পুরোন্‌ অহুম লেপ (পিণ্ড তাবদা খুত্তা পকৃপচু খেথবা) শরুক কংবা। "পিণ্ড চাবা ইপাদগী লেপ চাবা মরী তবদগী। পিণ্ড পীবগা তরেংশুবা মখোয় অসিবু সাপিণ্ড পুরোন তরেংনি।" (মৎস্য পুরাণ) ।।৬৬।।

মল্লিনাথ—মশাগী কাব্য-স্বরনা— তুংদা অতৈ কংলরোই থঘদগী মথরাই বাচুনা স্বর ফুইনা হোম্বনা—করণ কারক ওশুবা।

লুম্বু-লুম্বু শাহন্দুনা—শারিবদো অরাবদগী হোন্দোরকপা স্বরননি। (মল্লিনাথ)। মসিদা লুম্বু লুম্বু ছেকানুপ্রাস ।।৬৭।।

আত্মা তৌজংদুনা—অতুনদি বিদ্যা অমস্তুং কর্ম্মগী মশক্‌ ওইবা জ্যোতি (মঙান্‌) লৈবে হায়বা খঙনরে। থরাই···মররম্না— ঐগীবংশ লৈররোইদবগী মুঙাইতবনা (অতুনা ইচাগী মশক্‌ ওইবা ন্যাতি লৈতবে)।

লোকালোক চীঙজাও – লোক-মঙান্‌, অলোক অমম্ব। লোকালোক—অমম্‌-অঙান্‌ লৈবমফম। মমুং-মপান্দু সূর্য্যগী মঙান ফংব-ফংদবদগী অনম্‌-অঙান ওই। (মল্লিনাথ) পুরাণদা হায়রিবা লোকালোক চীঙজাও দ্বীপ তরেং তিন্বী মেদিনীগী চেক্‌- পমগী মশক্‌ ওইনা লৈ। পুষ্কর দ্বীপ্‌, কোয়শিন্দুনা লৈরিবা স্বাদূদক সমুদ্রবুস্থ কোয়শিন্দুনা লোকালোক্‌ চীঙ লেপতুনা লৈ।

য়ুথক অযুত অমা-পাক্-চাওবা লোকালোক্তী চীঙলোন আকাশ কাওনা থাঙিও। সূর্য্যগী মঙাম্না চীঙ অসিগী থাংবলাখা ওমদে। দ্বীপ তরেৎ শিষী পৃথিবীবু মাইকৈ মরীদা কোয়শিন্দুনা অদুগা সূর্য্য-চন্দ্রনচিংবা মঙাম্নৈব পোংনা ঙালহন্দুনা চীঙ অসি লেপ্‌ তুনা লৈ। মসিগী মপাল্দা অমম্‌গী সমুদ্রনি। মরম অদুনা চীঙ অসিগী মমুং ঙাম্লি অদুগা মপান্‌ মম্মী। দিলীপ্‌কী অবস্থাসু মসিমক্লি। যাগ যজ্ঞ তৌবনা মাগী থমোই পুম্নমক শেংলে, ঙাল্লে। শাস্ত্রদা মীওইবগী জ্যোতি অহুম লৈ—বিদ্যা, কর্ম অমসুং মচা। দিলীপ্‌কী বিদ্যা অমসুং কর্মগী জ্যোতি লৈরে। মচাগী জ্যোতিদি লৈতে। অদুনা মহাক্কী মপান্‌ ইমম্‌ মম্মী—মপান্‌গী মচৌবা পৃথিবীনা মহাকপু পেল্‌হনবা ওমদে। ইরাৎ-পূজা তৌবদগী দেবঋণ (লাইগী লমন্‌) কোক্লে অদুবু মচা পোক্কবনা পিতৃঋণ ( মপা মপূগী লমন ) কোক্তরে। মথরাই থাব-অমম কোক্লবা অমসুং মুংঙাইব-মঙান কংনবগী—মচা পোক্‌নবগী কুলগুরুদা চংজরি। লোকালোক্কী বর্ণন ( বিষ্ণুপুরাণ ২। ৪। ৯৪—৯৬ )। উপমেয় দিলীপ উপমান লোকালোক॥৬৮॥

অসিদা-তুংদা—মপোক অসিদা (হিংলিঙৈদা) ভক্তি অমসুং সেবা তৌবনা মপাবু মুঙাইহল্লি। তুংদা—মপোক্‌ অমদা (শিরব তুংদা) মচানা তর্পণ, পিণ্ডদান-নচিংবা তৌবনা মপাবু পুন্‌ কৌবা নরক্তগী লাল্‌হল্লি॥৬৯॥

মল্লিনাথ—বিধাতা হায়বসিনা সামর্থ্য লৈনা থৌশাবিদরে হায়রবা খঙনৈ।

বিধাতা—সম্বোধন। হে বিধাতা। হায়বদি ঐগী ইচা পোক্কবগী প্রতিকার তৌবা গুরুনা ওম্মী, অহুবু খৌওইখিদরে। "কঞ্জনা ঐগী সংস্কাব পূমমক তৌরিবনি হায়বা অর্থনি।" (.নারায়ণ টীকাকার)।

উপমেয়—মচাপোক্কব দিলীপ, উপমান মহৈয়ান্দবা আশ্রমগী পাম্বী; উপমান অসি য়াম্না নিংখিজখরে। মহাক্না সম্বোধন তৌদুনা য়া হায়রিবসি মহাক্কী নাক্-য়েংকী অবস্থাদগী (environments) উপমান অসি লৌবনি। মসি কালিদাসগী উপমাগী অথোইবনি। দিলীপনা হায়বি—হে ভগবন্। আশ্রম অসিগী পাম্বী অমা ঋতু মতমদা মহৈ য়ান্দবা-উবদা গুরুনা কয়া য়াবি—পাম্বীসু ঐসু গুরুগী মচাগুম্বনি। মরম অদুনা ঐগী ইচা পোক্কবনা গুরুদা করিগী অয়াব পীবোইদগে? ॥৭০॥

ইরুজদব শামুগী—গজ শাস্ত্রদা য়াওবি—স্নান্, উত্থান (হৌ-গৎপা) অমসুং শয়ন (তুম্বা)—অদুম অসি শামুগী কর্মনি। (মল্লিনাথ) উচুক্কা পুন্দুনা লৈরবাদ ইরুপ্পা ওম্‌দরে। অদুনা উচুক্কা শামুবু মর্ম শোক্না য়াহল্লি। অয়াবসি য়াম্না য়ানা থাঙিঙ।

ঐহাক্কী অরোইব লমন্—পিতৃঋণ (ইপা-ইপুগী লমন্) মী-ওইবনা লমন্ অদুম তোন্দুনা পোকই—দেবঋণ (লাইগী লমন) ঋষিঋণ অমসুং পিতৃঋণ। যজ্ঞ নচিংবা তৌরগা অহাব ঋণ কোক্কে, বিদ্যা চর্চ্চা তৌবগা অমিগুবা অমসুং মচা পোক্লগা অরোইব লমন্ কোক্কে। শাস্ত্রনা হয়া হয়া ঐথোয়দা লমন্ অদুম্ শিংনবা হায়রিঃ—

"মীওইবনা লাইশিং, ঋষিশিং অমসুং ইপা-ইপুশিঙ্গী লমন্ তোন্দুনা পোক্লকই ; অদুনা মদু শিংনবা তত্তনা চেক্শিন্না হোৎ-নগদবনি। যজ্ঞ, পূজা, উপবাস, ব্রত-নচিংবনা লাইগী লমন্ শিংনৈ ; মচানা শ্রাদ্ধ তৌরগা পিতৃঋণ শিংনৈ ; ব্রহ্মচর্য্য, বেদ তম্বা, তপস্যা তৌরগা ঋষিঋণ শিংনৈ।" ( বিষ্ণুধর্মোত্তর )

উপমা অলঙ্কার—দিলীপকী অরাব পীব পিতৃঋণ উপমেয়-শামুগী মর্ম শোকহন্বা পুনকম্ উচুক উপমান। শামুশিং মহৌ-শানা ঈরুপ্তুনা শান্নবা পাম্মী। ময়াইকাব শামুবু ঈরুপহন্দনা উচুক্তা পুন্দুনা থম্লবদি ডাওরক্নই—উচুক অদু মহাক্কী তৌও-শোন্না মুডাইতবা ওই। দিলীপকী পিতৃঋণসু মহাক্কী পুনকম্ উচুকুম্নে—মচা পোক্তব অসি মহাক্না থাডবা ডম্মক্তরে। কালি-দাসনা উপমা অসি শিজিন্নবনা দিলীপ্কী অন্তরগী চংয়ৌনা খোয়রাংবা ফোংদোকই ॥৭১॥

মল্লিনাথ—মহুদগী পিতৃঋণদগী। ইক্ষ্বাকুগী—ইক্ষ্বাকুবংশগী নিংথৌশিঙ্গী। ইক্ষ্বাকু বৈবস্বত মনুগী মচানি অমসুং সূর্য্যবংশগী অহাম্ব নিংথৌনি। ৭২॥

মহর্ষিনা—বশিষ্ঠনা। ডা-চাদব-মূলদা 'সুপ্তমীন' হায়না লৈ। ডা-চাদবা (তুমহুনা লৈবা) মকম অদু বহুব্রীহি। উপমা অলঙ্কার। উপমেয়—ধ্যান তৌবা ঋষি, উপমান ডা-চাদবা ঈপাক্। 'সুপ্তমীন' পদগী তাৎপর্য্য ব্যাখ্যাদা M. R. Kale মহাশয়না হায়—বশিষ্ঠ, who is the repository of harmless thoughts and actions, can with pro-

priety be compared to an 'ফৈপাক্' having nothing in it but such harmless creatures as fishes." ॥৭৩॥

কামধেনু—স্বর্গগী সুরভি-কামধেনু কৌবা ষণবী।

কল্পবৃক্ষ— অনিঙ-অনিঙবা থুংহন্ব উ পান্বী। কল্পবৃক্ষ লাইগী উপান্বী মঙাগী মরক্তগী অমনি। মন্দার, পারিজাত, সন্তান, কল্পবৃক্ষ অমস্যুং হরিচন্দন। (অমরকোষ) ॥৭৫॥

কোক্লুব্বী—থাগী-ঋতু লাক্পদা শেংদোকচরবী।

মহিরোগী—মহারাণীগী। ঋতুরক্ষা—ঋতু = স্ত্রীকুসুম (মুপীগী লৈ)। ঋতুকান্দা মুপী উনগদবনি (মনুসংহিতা) ভৌদবগী দোষ—বালগোষ্ঠ—যন্নাও হাৎপগী পাপ পুই। (পরাশর)

য়েংওইনা কোয়বা—যাত্রা মতমদা পৈথংপা লৈপাক্, ষণবী, লাই, ব্রাহ্মণ, ঘী, খোইহী, লয়্লোং মরী কাংবা, অমস্যুং খ্বাইনা থঙনবা য়ান্না চাওবা উপান্বী—মথোয়বু য়েংওইননা থম্থুনা চংকনি। (মনুসং ৪। ৩৯)

মল্লিনাথ। হৌনবী বেভার—ভৌকম খোকপা নোঙ্কপা লমচং। বেভার—'ব্যবহার' দগী ওম্থোরক্পা তদ্ভব শব্দনি ॥৭৬॥

ইচা-মুপীবু—ঐগী কন্যা নন্দিনীবু। অভিশাপ— শাপ ভৌবা ॥৭৭॥

মাইগৈ ঙাক্প শামুশিংনা—(১) নোংপোক্তা ইন্দ্রগী ঐরাবত (২) নৈরমদা নৈগী পুণ্ডরীক (৩) মখাদা যমগী বামন

(৪) মোইরাং লাইজিদা সূর্য্যগী কুমুদ. (৫) নোংচুপ্তা বরুণগী অঞ্জন (৬) কোক্রদা বায়ুগী পুষ্পদন্ত (৭) অরাংদা কুবেরগী সার্বভৌম অমসুং (৮) চিথেংদা সোমগী (চন্দ্রগী) সুপ্রতীক। (অমরকোষ)। আকাশ গঙ্গা—আকাশদা লৈবী গঙ্গা—মধ্যপদ মাঙবী কর্ম্মধারয়। মন্দাকিনী। গঙ্গা স্বর্গ, মর্ত্ত্য অমসুং পাতাল্‌দা চেল্লি; অদুনা গঙ্গাদেবীবু ত্রিপথগা (ঈরোং অহুম কাংবী) কৌনৈ। স্বর্গদা গঙ্গাবু মন্দাকিনী, মর্ত্ত্যদা অলকানন্দা অমসুং পাতালদা ভোগবতী কৌই। মন্দাকিনী হায়বসি ছায়াপথ ( Milky-way, galaxy ) নত্তুনা অতৈ অমা নত্তে। ( M. R. Kale ) ॥৭৮॥

মসিদা অর্থান্তরন্যাস অলঙ্কার ওইরে। করিম্ব লৈতবা মরম্মা অথোইবা মহৈ সমর্থন তৌরে ॥৭৯॥

মল্লিনাথ—অদু ওইরবদি সুরভিগী মনাক্তাম্মা চৎলগা মহাকপু পূজা তৌ ন। মহাক অসিদা লাকপগী আশাসু লৈত্তে—করিনা, মতু হায়রি।

দীর্ঘসত্র—মতম শাংনা তৌবা যজ্ঞবু সত্র কৌই। চহি লিশিং চুপ্পসু তৌনৈ। অসিদা 'দীর্ঘসত্র' হায়বসিনা মতমশাংনা তৌবা যজ্ঞবু থগুনরে। অদুনা সুরভি লাকপা ডাইবা কান্নরোই হায়বা তাকই। লীলশিংনা কোয়না থোঙডাকপা—পাকহেক চঙবা ঙম্মোই হায়বা উৎলি। বরুণ—নোংচুপকী পুরাণগী Neptune।

যজোকন্বা-যদোম—ছেকানুপ্রাস ॥৮০॥

মল্লিনাথ—অদু ওইরবদি করি গন্তি লৈরি—মদুগী মরম হায়রি। মহাক্কী মচা নূপীবু—সুরভিগী মচা নন্দিনীবু। "ঐগী ইচা নূপীবু ইয়াক্রবদি মচা পোক্লোই—" হায়না শাপ তৌরম্মী (৭৭)। অদুনা সুরভিবু ইরাংপা (৮০) অমদি মহাক্কী প্রভি-শিংবি (মহুৎশিন্বা) গী (৮১) করি অমত্তা দরকার লৈতে—মরমদি ইরাং-পূজা তৌগদবা মপূংদি সুরভিগী কন্যামক্কী। অসুম্ হায়না তর্ক তৌবা য়াই। মসিগী পাওখুমদা—অভিশাপ তৌবী অমসুং মাংহন্নী সুরভিমক্কী—। অদুনা অহাম্বদা মহাক্মক্পু পেল্হন-গদবনি। মহাক্ লৈত্রগা মহাক্কী মহুৎশিনবা লৌবা হায়বসি সাধুজনশিংনা তৌনবমক্কী।৮১॥

অসুম্ ঙাঙলিবৈ—"মতম্ মরক্তা থন্দরে। অদুনা থবক্ মহৈ য়াম্বা উৎলি" (নারায়ণ)। মরমদি, মতম কাম্দবা ফুঙ্গী থবক্ মহৈ য়ানবগী লক্ষণনি। (মল্লিনাথ)।—আহুতিগী পোৎচে পীবী—যজ্ঞগী ঘী-নচিংবা পীবী। যণবী—মূলদা 'ধেনু' হায়না লৈ; "ধেনু হায়বদি মচাপোক্পদা ভায়রিবী যণবী" (সিদ্ধান্ত-কৌমুদী) অমসুং (অমরকোষ) ॥৮২॥

মল্লিনাথ—হৌজিক যণবীগী বিবরণ হায়রি।

হায়রপ থোয়বা—অদুনা প্রতিপদ নত্রগা নিনিপানবা থা থঙবৈ-পূর্ণিমাদি নত্তে। উপমা অসিনা য়াম্না নিংথিজবা উৎলি। (নারা-য়ণ) মরাইবক্তা...হৌরিবী—থা মচেৎ শানা মরাইবক্তাংবী। অনৌবা থানা লৈতেংবী সন্ধ্যাগুম্না—প্রতিপদকী থানা লৈতেংবী সন্ধ্যাগুম্না।

উপমা অসি চমৎকারনি—মকম্-মতম্ নিংথিজনা চুনরে। নন্দিনী অমসুং সন্ধ্যা অনিমক আশ্রমদা থুংরে। অনিমক অঙাংবীনি। নন্দিনীগী মরাইবক থা মচেৎ শানা ঙাঙিঙ ; অতগা সন্ধ্যাগী আকাশগুম্বা মরাইবক্তা থা-মচেৎ থোকই। কালিদাসনা তৌনিংলবদি মতু অঙৌবশিংহু হায়রপ থোয় হায়দনা কোইরক্ কোহ হায়রগা পূর্ণচন্দ্রগা তুলনা তৌরবসু য়াই-মরু ওইববদি দিলীপনী মতু্দা করকপগী থুদম ওইরম্মোই ।।৮৩।।

মল্লিনাথ-মসিনা বায়ব্য স্নান (মুংশিংনা ঈরুজবা) গী য়ারম্ হায়রি। মমুনা হায়রম্মী—"উৎ তৈত্থুনা স্নান তৌববু আগ্নেয় স্নান (মৈনা ঈরুজবা), ঈশিংদা লুপ্পুনা স্নান তৌববু বারুণ স্নান, মন্ত্র-শোন্দুনা ঈশিং চাইথৎতুনা স্নান তৌববু ব্রাহ্ম স্নান অহুগা যণ মখোংদগী পাইথৎপা উফুম্না স্নান তৌববু বায়ব্য স্নান কোই।" ।।৮৫।

অফ ফত্ত থুদম খঙবা—অফব অমসুং ফত্তবা দ্বন্দ্ব সমাস। মতুগী থুদম ৎঙবা তৎপুঃ। মতুবু খঙবা মহাক অদু বহুব্রীহি। মরম আসনা নন্দিনী মাকপতু অফবা লক্ষণনি হায়না খঙলম্মী।

তপোনিধি-তপস্যা তৌবনা মরন ওইরবা। 'বশিষ্ঠ'গী বিশেষণ।

নীঙবা থুংলনি খঙহুনা—অপান্ব বিষয় নিজবা মহৈ য়াল্লনি খঙহুনা। (বশিষ্ঠ যোগগী শক্তিনা মতু খঙবা ঙম্মম্মী)। হায়বদি নন্দিনী উবদা রাজাগী প্রার্থনা মহৈ য়ানগনি—হায়বসি খঙহুনা ।।৮৬।

অভ্যাসগী পাৰৈজ্ঞা—খ্বাইনা মতম পুম্নমক্কা চর্চ্চা তৌহনা বিদ্যাবু লৈগবা ভৌই 'হায়বদি তাঙ্গি। মসি 'অস্তমা মতুং ইন্দুনা'গী উপমাননি। উপমা অলঙ্কার।

উপমেয় — উপমান।

ৰণবা — বিদ্যা

মতুংইনবা — অভ্যাস ॥৮৮॥

মল্লিনাথ—ষণগী মতুং ইনবগী মওং হায়বি।

কর্ত্তব্য—দিলীপ্পা বশিষ্ঠনা হায়বা নিয়ম অসি করম তৌনা ঊাকখিবগে হায়বহ্ রঘুবংশগী অনিশুব সর্গগী ৬শুবা শ্লোক্তা হায়রি ॥৮৯॥

মল্লিনাথ—নংনা নপাবুঙ্গী মতৌ ওইবগুম্না নঙ্গী নচাসু নঙ্গু্বা ওইরসনু।

তৌনি—তৌহনা লৈগদবনি ॥৯১॥

মল্লিনাথ—দেশ-কাল খঙলবা—মংষি বশিষ্ঠনা যজ্ঞগী মৈ মমাঙদা হোম্ লোইরব মতুংদা মতুঙ্গী রা হায়বদা অরেম্ব ওই-ররোই খঙলবা ॥৯২॥

মল্লিনাথ—দোষ খঙবা-দোষ (মশাগী দোষসু অতৈগী দোষসু) খঙবা হায়বদি বিদ্বান (মহৈমশিং হৈবা)।

"This epithet is very significant here. বশিষ্ঠ knew that it would be a দোষ on his part not to ask the king to take rest after the fatigues of a day's journey, as it would be injurious

to his health, etc and so told him to go to bed. This attribute also supports the use of the epithet অচুম্ব-অথুম্ব ঙাডবা"—( M. R. Kele ).

সন্ধ্যাদা - মূলদা 'প্রদোষ' হায়না লৈ। মল্লিনাথনা অহিং হায়না অর্থ কৌই। টিকাকার নারায়ণনা হায়—নিনীথা লম্ শাংনা লাকপনা মশা চোকথরে, অদুনা বিদ্বান মুনিনা মহাকপু সন্ধ্যাদা (ঙন্থানা) তুম্নবগী য়াথং পীরম্মী।—অনুমতি—য়াথং।

অচুম্ব অথুম্ব ঙাঙবা—মচা কংনবগী মরমদা বশিষ্ঠনা আশীর্ব্বাদ অচুম্ব অমস্থং অথুম্বনি ।৯৩॥

মল্লিনাথ—কল্প খঙবা— ব্রত নিয়মচিংবা খঙবা—তপঃ সিদ্ধি লৈরবশু—তপস্যানা নিংথৌগী মতিক চাবা লৈকম্-চাকম্ পীনা ঙম্নবশু; বনগী হৌনবা—উহৈ য়াহৈ অমস্থং কুশগী কক্কচিংবা পোচৈ।

নিয়ম ঙাক্কবা (পুমিং অদুদগী হৌত্তনা] নিয়ম ঙাক্কবগী দমক। "মমুং-মপাং শেংবা, যজ্ঞ, তপ, দান; বেদনচিংবা পাবা, ইন্দ্রিয়-লাকশিনবা, ব্রত; ব-ঙাঙদবা, চরা-চেনবা, স্নান—নিপাল আসবু নিয়ম কৌই।" (অত্রি) "তপ, মমুং-মপানশেংবা, পেনবা, বেদনচিংবা পাবা, ঈশ্বর পুকম্না-নিয়মনি। (পাতঞ্জল যোগসূত্র ২। ৩২)। কল্প খঙবা— "বেদগী কর্ম পুম্নমক্কী হৌনগী নিয়ম লেম্না শাস্ত্রবু কল্প কৌই। মদু খঙবা।" (নারায়ণ) ॥৯৪॥

কুলপতিশা—কুলগী (মুনি কোল্লুপবী) পতি (মপু)-৬ শুপা-তৎপুঃ। মুনি মহামগী মকোক্ বশিষ্ঠনা।

"মুনি লিশিং তরাবু মচিঙ্গাক্ পাক্নুনা বিদ্যা তম্বিবা ব্রাহ্মণ ঋষিবু কুলপতি কৌনৈ।"

শিষ্যনা বেদ পাবদগী নোঙহোম্বা খংডম্মী—ব্রাহ্ম মুহূর্ত্তদা-বেদপাঠ তৌবা শাস্ত্রগী বিধিনি। মনুনা হায়রম্মী—"অহিঙ্গী অরোইবা মুখক্তা হৌগত্তুনা বেদ পাঠ তৌবগা ব্রারবস্ত অমুক হন্না তুম্মোই।" (মনুসংহিতা-৪।৯৯)। "অাহঙ্গী-অরোইব মুংকপু ব্রাহ্ম কৌনৈ।" "অহিঙ্গী-মমৈথংবা পুংজা মবী ব্রাহ্ম মুহূর্ত্ত নি।" ৯৭॥

রঘুবংশ মহাকাব্য—রঘুশিঙ্গী (রঘুবংশগী রাজাশিঙ্গি বংশ (প্রবন্ধ) ৬ শুবা তৎপুঃ। রঘুবংশ ইবা মহাকাব্য। মহাকাব্য—"বাক্যং রসাত্মকং কাব্যম্" (রস য়াওবা বাক্যবু কাব্য কৌই) (স : দ: ১।৩।) মহাকাব্য (মহাকাব্যম), কর্মধারয় সমাস ওইরবস্তু ১ শিদা নিত্য সমাস নি। কবিনা 'মহাকাব্য, কাব্য মখল অমগী মমিংনি।

মহাকাব্যগী লক্ষণঃ—মহাকাব্যগী-নায়ক লাই নত্রগা অকব বংশদা পোকপা ক্ষেত্রি ওইগনি। শৃঙ্গার বীর অমসুং শন্তরসনা মপুং ওইগনি। অতৈ অতৈ রসশু গৌণ (মচেৎ) ওইনা য়াওগনি। ইতিহাসগী নত্রগা খুইদা কাওরবা সাধু-সজ্জনগী মরমগী রারি ওইগনি। ধর্ম, অর্থ, কাম, মোক্ষ—মরীশিগী মরক্তগী অমগী মহৈ-য়ানগনি। অহৌবদা আশীর্বাদ, নমস্কার অমদি বর্ণন তৌগদৌ-রিবগী পোৎশক্ তাকনি। কবিগুম্বদা ফত্তবগী নিন্দা অতৃগা অফবগী গুণ বর্ণন য়াওগনি। সর্গ ময়াম্না পদ্য ওইনা ইগনি। মায়া শাংদবা অতৃগা য়াম্নস্ত ভেন্দবা সর্গ নিপান্দগী হেন্না য়াওগনি।

সর্গ অমমমদা ছন্দ অমমম্ ওইগনি। সর্গ খুদিঙ্গী অরোইবা ছন্দ তোঙানুগনিঃ অতুগা মতুঙ্গী সর্গগী রাহৌদোক ওইগনি। মসিদা সূর্য্য, চন্দ্র, সন্ধ্যা, অহিং, মু'দাংরাইরম্, অমম্বা, মুংথিল, অয়ুক, মুমিৎয়ুংবা, মৃগয়া (শা-তাম্বা), চীঙ, ঋতু, বন, সমুদ্র, মিলন (তিন্নবা), বিরহ (কায়নবা), মুনি, স্বর্গ, নগর, যজ্ঞ, যুদ্ধ, যাত্রা, বিবাহ, মন্ত্র, প্রেম, মচাপোকপা—অসিনচিংবগী য়াবামথৈ লৈনবা মরি উত্তুনা বর্ণন তৌগনি। কবিগী-অমদ নায়কনী নাম মতুং ইন্না মমিং থোন্গনি। সর্গ খুদিঙ্গী মমিংস বর্ণন তৌরিবা বিষয়গী মতুং ইন্না মমিং থোন্গনি। (সাঃ দর্পণ ৬।৩১৫—২৫)।

## অনি শুবা সর্গ

২। গন্ধমাল্যনা=গন্ধ অমসুং মাল্য দ্বন্দ্ব সমাস; চন্দন চিংবা পোৎ অমসু লৈপরেংনা। ৩। ধর্ম্মপত্নীনা = ধর্ম্ম কর্ম্ম তৌবদা লোয়নব মতু ৫। শ্রুতি শাস্ত্রগী=বেদগী। ৬ স্মৃতিনা = মনু, যাজ্ঞবল্ক্য নচিংবনা ইবা শাস্ত্র ৭ সুরভি=কামধেনু। ৮। পৃথিবীশুম— মমাইদা পৃথিবীনা মম্বী, হিমালয়না মন্নাও অমসুং চীংজাও মেরুনা মঙোম্শুম ওইদুনা পৃথু মহারাজগী য়াথংদগী পৃথিবীবু শুম্বদা মণিমুক্তা অমসুং মনামশিং থোকখী। ৯ নিজবীর্য্যনা=মশাগী মতিক্মপান্না ১১। গজেন্দ্রনা-শামুনংলোনা ১২। রাজচিহ্ন=ছত্র চামর থোগন্নচিংবা নিংথৌগী-খুদম্ সয়াম্ ১৩ রাজলক্ষ্মী = নিংথৌগী মরাইবক্কব মরম্মথুম্ - Royal fortune or splendour. ১৪। বরুণদেব = উ-রা নচিংবগী নিংথৌ বরুণ কৌব লাই। ১৫ মালংব-মরূপ =মালংবগী মরূপ হায়বদি অগ্নিদেব (মৈ) ১৬ হৌংবী কবোক্=

মিংথোমচিংক লাকপদা মেউতি মঙল ওকৃপদা চাউবা কবোক্। ১৭ মরাওল্লী = গুণবাচক্ বিশেষ্য। অর ওবগী মতৌ। Largeness ১৭ ক। মরোল-মরায় ডাকৃপিবা—পৃথিবীগী-নিংথৌ। মরায়থংব কন্দোম্—মরোল মরায় (মধ্যপদলোপী কর্মধারয়, মতুং ডাকপা মহাক অমু বহুব্রীহি।' ১৮ বনিতামা = মতুনা নূপীনা। বনিতা—হায়-বদি মপুরোইববু য়াম্না নুংশিব নূপী। (a wife who has excessive love for her husband)—অমরকোষ ১৯। সন্ধ্যা—অহিং নুংথিল তাইনবা মতম। অযুক্কী সন্ধ্যা অমসুং নুংদা য়াইরমগী সন্ধ্যা। ২০। মহিষীগা = কথাঙ্তোংবদা নিংথৌগী থোগন্-তোব রানীবু মহিষী কৌই। (অমরকোষ) ২১। গৌরী গুরুগী = গৌরীগী (পার্ব্বতীগী) গুরু—মপা = হিমালয়। ২২। লোধ্রগুম = হিমালয়দা হোবা উ-জাৎ অমা। ২৩ মহীপাল = পৃথিবী ডাকপ নিংথৌ। ২৪। অষ্টমূর্ত্তি—শিব, মহাদেব। লৈপাক, ঈশিং, মৈ, নুংশিৎ, অতিয়া, নুমিৎ, থা অমসুং যজ্ঞ তৌবমী হায়বদি শর্ব, ভব, রুদ্র, উগ্র, ভীম, পশুপতি, ঈশান অমসুং মহাদেব নিপান অসিনি। ২৫। নিকুম্ভ = দেবীগী শাদোং নোংশাগী মমিং। ২৬। দেবদারু = হিমালয়দা য়াম্না হোবা উজাৎ অমা a kind of holy fir. ২৭ পোষ্যপুত্র = মচা ওইনা লৌরবা adopted as son. ২৮ বৃষধ্বজগী = বৃষদা তোংব মহাক অমু বহুব্রীহি—মহাদেবগী ২৯। সেনাপতিদা = কার্ত্তিকেয়দা। তারক হিংচাবনা দেবশিংবু স্বর্গদগী তাম্থোক্লম্মী। মসি মরামদা অহানবা কোকুবা ব্রহ্মাদা হায়জলম্মী, মহাক্না কার্ত্তিকেয় পোকপা ফাওবা ডাইথো হায়রম্মী মহাক্না লুচিংদুনা লান্-তৌরবদি জয় ওইগনি। কার্ত্তিকেয় হেক পোকপদা লাইরামগী

সেনাপতি হাপখি। মরম অসিদগী কার্ত্তিকেয়বু 'সেনাপতি' হায়রগা খংনৈ। ৩০। গিরিশ=মহাদেব। ৩১ বজ্রপায়বগুম্=বজ্রপায়বা মচাক অহু বহুব্রীহি ইন্দ্ররাজ, শোরারেল। দধীচি মুনিমা মশা ক.খাক্তুনা মাগী শরুদগী বিশ্বকর্ম্মানা বজ্র কৌবা খুংলাই শাখি। মসিনা ইন্দ্রনা বৃত্রাসুর হাংখি। অহুদগী ইন্দ্রবু বজ্রপাণি (বজ্র-পায়বা) হায়মা খংনৈ। ৩২। প্রজাপুম্ববু— প্রজা=খ্বাই প্রজা (subjects) অমসুং মচা (offspring) অনিমক্পু খংনৈ। (অমর-কোষ)। মসিদা অর্থশ্লেষ (pun) অলংকার নি ৩৩। গিরিরাজ— চীঙনিংথৌ—হিমালয়। ৩৪। মহীপতি=পৃথিবীগী মপু, নিংথৌ। ৩৫। বিদ্যাধর—গন্ধর্ব— হিমালয় মথোয়গী য়াম্না পাম্ব লৈফম্নি। মীথোই মাহেম্বা করিগুম্ব থবক অমা পাংথোকপা মতমদা অতোব থবক অহুগীদমক স্বর্গগী লৈ-মপৈ মপৈ বীরপুরুষ অহুগী মথক্তা চাইখে। করিগুম্বদা লাই মশামক্তা চাইথে। ৩৬। পুষ্পবৃষ্টি—লৈগী নোং। ৩৭। বীরথুভম্=বীর (অকম্বা) হায়বা থুভম। বীরত্বগী মপু ওসব মথল্ মরীনি। সর্গ অহাম্বদা দিলীপকী যুদ্ধবীর, দানবীর অমসুং ধর্ম্মবীরগী মরম হায়রে; হৌজিক দয়াবীরগী মরম হায়রি। ৩৮। গুরুনা—পিতা গুরুনি, ব্রাহ্মণ গুরুনি, দেব অমসুং পুরোহিত গুরুনি। দায় পুবা মীশু গুরুনি; শিষ্যনচিংবা লৈব মীস্ব গুরুনি। মতাং অসিদা দায়পুবা; অথোইব মীবু থজনরে। (অনেকার্থধ্বনি মঞ্জরী), ৩৯। পারণা=ব্রত, চরাহেন্বনচিংবগী মতু দা চাব-থক্-পবু পারণ কৌই। ৪০। শান্তিকর্ম=শাস্ত্রগী মতুংইন্না মঙ্গল ওইনবা তৌবা থবক। ৪১। বশী=মপু (puissant)। বশী বশিষ্ঠ—অনু-প্রাস। ৪২। অরুন্ধতী=বশিষ্ঠ (বসিষ্ঠ) গী নূপী। ৪৩। ওষধীশিঙ্গী

মপুঙুম্—থাঙুম্। ওষধী অমম্লং ওষধি অনিমক চুম্মী। মনা মশিং (herbs)। থাবল—মনা-মশিংদা য়াম্না কান্নে। থাংল ফংত্রবদি মনা মশিঙ্গী মশাগী মঙান্ ফোংরোক্তে। মবম অসিদগী থাবু মনা-মশিঙ্গী মপু কৌই। ৪৪। অত্রিমুনি=ব্রহ্মাগী মচানি। হৰিবংশদা অত্রি-মুনিগী মমিত্তগী থা পোক্থিবগী য়ারি অমুম্না য়াওরি।—অত্রিমুনিগী মমিত্তগী শিন্সবা পিনা মাইকৈ তবা ঙাল্লম্মা। মাইকৈপুনী লাই-রেম্বীশিংনা হরাওনা মচু গর্ভদা পুখি। মখোয়না পুল্লম্ম হোংন-রম্মী অংবু মচু পুবা ঙম্মদে। ইথঙ থংহোৎদনা অরংব গর্ভ অচু মাইকৈদগী তাখিহুনা বিশ্বপুষ্ম ঙাল্হল্লম্মী। অঙ্গংবা মঙানচেম্ব পুম্ন-মক্পু শেংদোকপা থা পোক্খি। ৪৫। অগ্নিদেব—মৈ-কোব লাই। রামায়ণদা—হে রাম। লাইয়াম্না ধাতু পুম্নমক্ খঙ্বা কৈল্যসদা চত্তুন অগ্নিদেবদা মচা পোক্কবা থোদারম্মী। মখোয়না হায়রম্মী, 'হে-হুতা-শন। দেবকার্য্য অসিদংনংনা পাংথোকউ, শিবগী মহাতেজ পার্ব্বতীগী গর্ভদগী গঙ্গাদা থাদো।' অতুদা অগ্নিনা লাইয়ামদা শোয়দনা তোগে হায়হুনা গঙ্গানা হায়বম্মী—'দেবী! শিবতেজ অসি গর্ভদা পু; লাই-য়াম্না মসি তৌহল্লিঙিঙ।' মসি তাবদা গঙ্গাদেবীনা দিব্যরূপ (divi-ne form) লৌখি। মৈনা গঙ্গাগী মহিমা উবদা, মাইকৈপুম্বদা হৈ-থরম্মী। খুদক্ অতুদা হে রঘুনন্দন! গঙ্গাগী ইচেল পুম্নমক য়া লাওনা পাথোক্লম্মী।' ৪৬। আকাশ গঙ্গা—মন্দাকিনী। গঙ্গা হয়োং অহুম্ কাঙিঙ। অতুনা ত্রিপথগা কৌই। স্বর্গদা মন্দাকিনী, পাতালদা ভোগবতী অতুগা মর্ত্ত্যদা (পৃথিবীদা) ভাগরথী (গঙ্গা)। ৪৭। মাইগৈঙাকপা—মাইগৈ নিপাল পুবা লাই। নোংপোক্তা ইন্দ্র, মৈরমদা অগ্নি থাদা যমরাজ, মোইরাং লাইজিদা মিত্র (মুমিৎ), নোংচুপ্তা বরুণ, কৌব্রুদা বায়ু, অয়াংদা কুবের, চিংথৈদা ঈশান (শঙ্কর)। (অগ্নিপুরাণ)।

# পরিশিষ্ট [খ]

## অহানবা সর্গদা য়াওবা অলঙ্কারশিং

**ছেকানুপ্রাস**—ব্যঞ্জন ময়েক্ অনি অমসুং অহুমগী হেন্না অনি-মক্তং বাক্যদা য়াওরবদি ছেকানুপ্রাস ওই।

মতুংদি :— মায়োক্নরা থেংনরগা, বীর বীরবাহু' মসিদা—বীর বীর। "শুক্সংপনা শুক্সংপনা ফুম্বংনবি জীব" ছেকানুপ্রাসনি।

**বৃত্ত্যনুপ্রাস**—শব্দগী অমা নত্রগা ময়েক কয়ামরুম্ হন্না হন্না মথং মনাও নাইনা শিজিন্নরবদি বৃত্ত্যনুপ্রাস ওই। মতুংদি :—

"মশা কল্লি কিদনা ধর্ম্ম চংলি নাদনা।
পৈশা লৌই পাম্দনা বিষয় চায় লুপ্তনা॥"

মসিদা কিদনা, নাদনা, পাম্দনা, লুপ্তনা—দা
দ-দ-দ, ন-ন-ন-ন—বৃত্ত্যনুপ্রাসনি॥

**লাটানুপ্রাস**—শব্দ নত্রগা অর্থ অনিমক নত্রগা অহুমগী হেন্না হন্না হন্না হায়, অর্থদি অমতা ওইরগা মুন্না খিজিন্নগা অর্থ তোঙডাল্লি। মতুংদি :—

'অতুবু নমৌ অসিনা মচা পোক্তব অসিনা'—মসিদা 'অসিনা' গী অর্থ চপ মান্নরবসু—নমৌ' গা তিন্নবদা অর্থ অমা অদুগা 'মচা পোক্তবা' গা তিন্নবদা 'মরম্না' অর্থ ওইখ্রে। মসি লাটানুপ্রাসনি।

## অর্থালঙ্কার

১। **উপমা**—শক্-চু-গুণদা মান্নদব পোৎ অনি মান্নবগী তুলনা তৌববু উপমা কৌই। চাংদম্নবদা অহেম্বা-অকাওবা পোৎ অদুগা

অসিগা মান্নৈ হায়রবু উপমা অলঙ্কার (simile) কৌই। 'দময়ন্তী রতিগা মান্নবা ফজে, সীতাগা মান্নবা মপুরোইব নিঙিঙ, দময়ন্তীগী অঙ্গ কান্তি থাবলগা মান্নবা লঙিঙ।

মসিদা:—

| উপমেয় | উপমান | সাধারণ ধর্ম্ম | বাচক (থঙনবা রাহৈ) |
|---|---|---|---|
| দময়ন্তী | রতি | ফজব (শব্দ) | মান্নবা, চুম্বনচিংবা। |
| ,, | সীতা | মপুরোইবা নিঙ্‌বা (গুণ) | ,, ,, |
| ,, | থাবল | অঙ্গকান্তি (কুচু) | ,, ,, |

অলঙ্কাব অসি শ্লোক ১, ৩, ৪, ১১, ১২, ১৬, ১৭, ২৮, ৩০, ৩১, ৩৬, ৪৬, ৪৭, ৫০, ৫৬, ৭০, ৭১, ৭২, ৭৩, ৮২, ৮৩, অমস্থং ৮৭।

২। রসনোপমা—উপমেয়না উপমান মথং মথং ওইরবদি রসনোপমা কৌই। মতুদি শ্লোক ১৫ য়েঙঙু।

৩। প্রতিবস্তূপমা—উপমেয় অমস্থং উপমান অনিগী মরী তোঙান্‌ তোঙানবা বাক্যদা অতোপ-অতোপ্প শব্দনা সাধারণ ধর্ম অমত্তুদা তুলনা তৌরবদি প্রতিবস্তূপমা অলঙ্কার কৌই। মসিদা রায়ম অহুম্ থক্ লৈগদবনি।

(১) উপমেয় অমস্থং উপমানগী মরী লৈনবা বাক্য অনি।

(২) বাক্য অনিগী সাধারণ ধর্ম্ম অমত্তা ওইবা,

(৩) ধর্ম্ম অদু তোঙানব শব্দ অনিনা তাক্‌পা অর্থদি অমত্তা ওইবা। তোঙান্‌-তোঙানবা শব্দনা ধর্ম্ম অমত্তা উৎলি হায়দুনা প্রতিবস্তূপমা কৌনৈ। খুদম—শ্লোক ১০।

"গুণ-দোষ মুন্না খঙ্বা জ্ঞানীশিংনা তাদোবনি।
অক-কক্তবা সনাগী মৈতদা চাংঙ্গেংনবনি॥" মসিদা—

(১) 'গুণ দোষ······তাদোবনি'—উপমেয় বাক্য।
'অক-কক্তবা ···· চাংঙ্গেংনবনি'—উপমান বাক্য।

(২) অচুম্বা জ্ঞান পুথোকপা – অনিগী সাধারণ ধর্ম্ম।

(৩) 'তাদোবনি' অমসুং 'চাংঙ্গেংনবনি' – অর্থ মান্নবা শব্দ অনিসিনা সাধারণ ধর্ম্ম অমা তাক্লি। অদুনা প্রতিবস্তূপমা অলঙ্কারনি।

অনিশুবা খুদম :—শ্লোক ১৮

"উন্নতিগী প্রজাশিঙ্গী লৌই কর মখোয়দগী।
পীনবৈ য়াম্না সূর্য্যনা রস চুপ্পী পৃথ্বীদগী॥"

মসিদা :—

(১) উন্নতিগী······মখোয়দগী'—উপমেয়।
পীনবৈ······পৃথ্বীদগী'—উপমান।

(২) হেন্না ফনবা—সাধারণ ধর্ম্ম

(৩) 'কর লৌই' অমসুং রস চুপ্পী'—তোঙানব অমসুং অর্থ মান্নবা শব্দশিং।

৪। নিদর্শনা—উপমেয় অমসুং উপমান বাক্য অনিদা অর্থ মান্নদ্রবস্সু অনি অসিগী মান্নবা তাৎপর্য্যনা (gist) তাক্লবদি নিদর্শনা অলঙ্কার কৌই। মসিদা বাচক শব্দ করিগুম্বদা শিজিন্নৈ অদুগা করিগুম্বদা শিজিন্নদে।

প্রতিবস্তূপমাদা উপমেয় অমসুং উপমান বাক্য অনি অমগা অমগা নন্নদে; অদুগা নিদর্শনাদদি নন্নৈ (interdependent) অনিগী

মরী লৈনদবা অর্থ তোঙাম্বা বাক্যমা মান্নবা ত'ক্লই। খুদম্—শ্লোক ২।

'ঐগী বুদ্ধিনা সূর্য্যবংশ বর্ণন তৌবা।'—উপমেয়

'পোঙ্‌না সাগর লান্বগী মতৌগুম্বা'—উপমান

অর্থ মান্নদবা বাক্য অনিনা 'ওইথোক্লম্বা মহৈ-ফংবগী' মরী উত্‌লা অমত্তা ওইনা উৎজি।

| | | |
|---|---|---|
| অনিশুবা খুদম— | "ঈশ্বরগী কৃপা দৃষ্টিনা কদায়দা।<br>মহু ফংনবা ঐগী আশানা কদায়দা" | উপমেয় |
| | (সমুদ্রগী) রত্নাকরগী পুক্লী রত্নবু।<br>ইথুংনা লৌথংনিঙ্‌ঙ্গনি॥ | উপমান |

অহুম্‌শুবা খুদম :—'য়েক্লবা হেনগন্না লান্‌ভম্বা—উপমেয়

হু চাম্লনা হিংহ্লনা লৈবা—উপমান

অমগামগা মরী অমত্তা লৈতে হায়বদি অর্থ তোঙানবা বাক্য অনিনা মহৈ অমত্তা ওইবা মরী উৎলি।

৫। উৎপ্রেক্ষা—উপমেয় হেন্‌গৎনবগীদমক উপমানগা মান্নমাল্লে হায়না লৌববু উৎপ্রেক্ষা কৌই। মসিদা উপমেয়গা উপমানগা খেন্নবন্দ চিংনমা মান্নৈ হায়না লৌনৈ। শুম্, মান্নগদ্রে, ওইরমাল্লে, মান্নৈ হায়না নিঙঙ্—অসিনচিংবসি উৎপ্রেক্ষাগী বাচক শব্দনি॥ বাচক শব্দ য়াওরগা বাচ্য—উৎপ্রেক্ষা য়াওদ্রগা গম্য উৎপেক্ষা কৌই।

[illegible] ১।(ক) শ্লোক ২২—"[illegible] [illegible] [illegible] [illegible]গুম্ [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] উপমেয় পোক্‌মিন্নবা

মচিন্ মনাও' —উপমান। উপমেয় অসি উপমান ওইরম্নাল্লে হায়না লৌরে। গুম্ য়াওবনিনা বাচ্য উৎপ্রেক্ষা অলঙ্কারনি।

(২) শ্লোক ২৯—"বিধিনা মাবু শেম্মম্মে মহাভূত শাবা মচাক্না" — মসিদা মহাভূত উপমান্ অদুগা মাবু (দিলীপ) উপমেয়নি। মহ ভূতনা মীগী কনবা তোই; দিলীপস্তু মীগী কান্নবতা তৌবনিনা মহাভূত শাবা মচাক্না দিলীপস্তু—শারম্ব য়াই হায়না লৌবনি। বাচক শব্দ য়াওদবনিনা মসি গম্য উৎপ্রেক্ষানি।

উপমা, রূপক অমস্তুং উৎপ্রেক্ষা—থেম্নবা।

মায়থোং থাজ—'মায়থোং থাজগুম্ব'— উপমা—চাংদম্নবা।

,, ,, 'মায়থোংমক্ থাজনি'—রূপক—মাম্নবা।

,, 'মায়থোংদে থাজনি হায়না
লৌরো নত্রগ মায়থোং থাজ মাল্লে } উৎপ্রেক্ষা— মাম্ন মাল্লে

৬। ভাবিক—হৌখিব অমদি থোক্কদব ফোংদোক্ অদু খুদক্তা প্রত্যক্ষ ওইনা (শংশংনা) হায়ববু ভাবিক কৌই। মদুদি :— শ্লোক ৩৭—'মনাই খরদা লোইনবা'—'তোঙ্গান ময়াম্না কোয়বা নিংথৌ'—মমাঙৈডদা তেঙ্গোন্ ময়াম্না কোয়দুনা চংপা নিংথৌ অদু হৌজিক দিলীপনা মনাই লোয়নদুনা চৎপদুদ প্রত্যক্ষ ওইনা হায়রি।

৭। শ্লেষ—শব্দ অমা অমুক্তং শিজিন্নবা অদুগা অর্থদি অনি নত্রগা অদুদগী হেন্না খংনরবদি শ্লেষ অলঙ্কার কৌই। শ্লেষ মথল অনিনি :-শব্দ শ্লেষ অমস্তুং অর্থ শ্লেষ। শব্দ শ্লেষদা শব্দ অমগী অর্থ য়াম্না লৈ। মদুগী মহুত্তা মদুগা অর্থ মাম্নবা অতৈ য়াহৈ অমা শিজিন্নবদা শ্লেষ লৈতে; অদুগা অর্থ শ্লেষদা শব্দগী

অর্থ অমতা লৈ অতুগা অনি অমসুং অনিদগী হেনবা কাংবুদা শিঙ্জিবৈ অতুগা মতুগী অর্থ মান্নবা শব্দ শিঙ্জিন্নরবসু অর্থ অতুমক্ কোংদোকই। মতুদি শ্লোক ১৪ :—

'খ্বাইদগী রাংব কল্লবা, তেজপূর্ণ নম্ব দেহ' — ঃমেরু অমসুং দিলীপ অনিমক্তা শিঙ্জিন্নরি। অনিশুবা সর্গগী ৪৮ শুবং শ্লোক্তা 'প্রজা—পূর্ববু' অর্থ শ্লেষ ( pun ) নি। প্রজা = খ্বাই প্রজা (subjects) অমসুং মচা (offspring) অমরকোষ।

৮। বিভাবনা—মরম লৈতনা থবক থোকপা অদুবু বিভাবনা অলঙ্কার কৌনৈ। খুদম্ শ্লোক ২১ দা

"মশা কল্লি কিদনা ধর্ম্ম চৎলি নাদনা।
পৈশা লৌই পাম্‌দনা বিষয় চায় লুপ্তনা॥"

মসিদা—কিবদগী মশা কল্লি, কিবগী মরম লৈতনা দিলীপ্পা মশা কল্লি ; অনা-অমৈক লৈতনা ধর্ম্ম চৎলি ; অসিংচিংবা।

৯। পরিবৃত্তি—মান্নবা, অরাংপা অমসুং অহেম্বা পোৎ ওন্নবন্‌ পরিবৃত্তি অলঙ্কার কৌনৈ। মতুদি শ্লোক ২৬

মান্নবা পোৎ—দিলীপ্পা 'যজ্ঞ তৌবা' অতুগা ইন্দ্রনা 'নোং চুহনবা'—অসি ওন্নবা।

১০। পরিকর—করিগুম্ব অমা বর্ণন তৌবদা বিশেষণন বিশেষ্যগী উদ্দেশ্য হায়রবদি পরিকর অলঙ্কার কৌই। মতুদি শ্লোক ৩৮

'মৈরব পেনব' বিশেষণগী উদ্দেশ্য—অঙ্গংব',
'তপ্পা ছুম্ব' „ „ —অতপ্পা,
শান্তনম্বা „ „ —মনম্ চুংশিবা।

মসিদা বায়গী বিশেষণ মথৈ উদ্দেশ্য উংলি — অদুনা 'পরিকর' নি।

১১। পরিসংখ্যা—হংলবস্ হংজবদু হায়নরিব পোৎ অমনা অতৈ পোৎ অমা ওইহন্দবা অমদি থিংববু পরিসংখ্যা অলঙ্কার কৌই। খুদম্ শ্লোক ৭

"য়েম্মোক্লবগী লম্তায় সত্যগীত য়াঙাঙ্ লম্বা।

মিংচৎকীদমক্ ঙম্নিংবা মচাগীদমক্ য়ুম্বানবা॥"

মসিদা 'য়েম্মো'ক্লবগী' না লন্ ভোগ তৌবা থিংলি; 'সত্যগীত' না মপু অমদি মকোক্ ওইবা থিংলে; 'মিংচৎকীদমক' না জয় ওইরগা অর্থ কংবা থিংলে, 'মচাগীদমক্' না কামভোগ থিংলে। অদুনা 'পরিসংখ্যা' অলঙ্কারনি।

শ্লোক ২৫ :— "প্রজা রক্ষাগী দণ্ড পী
মচাগীদমক লুহোঙিঙ।"

মসিদা 'প্রজা রক্ষাগী' না অর্থ কংবা থিংলে। অদুগা 'মচাগীদমক' না কামভোগ থিংলে।

১২। কাব্যলিঙ্গ—মরম্না পোৎ অদুমক্ অমদি বাক্যার্থমক্ ওইরবদি কাব্যলিঙ্গ অলঙ্কার ওই। মতুদি শ্লোক অহানবা—

"শব্দ র্থগুম্ পকশিন্নবা শব্দার্থ মুন্ন খঙ্নবা
খুরুমজৈ হর গৌরীদা জগৎ পৃথ্বি মমা মপা॥"

মসিদা—কবি কালিদাসনা শব্দ অমসুং অর্থগী মপুং ফাবা জ্ঞান নিজরি মরমদি হর-গৌরী শব্দার্থ মক্নি। হায়রবদি হর-গৌরীদা খুরুম্জবনা মরম ওইরগা 'শব্দার্থ জ্ঞান' হায়বা পোৎ অসি থোকদৌরিবনি। মরম ওইরিবা হর-গৌরী অসিমক কন্দৌরিবা শব্দার্থমক্ ওইরে। অদুনা কাব্যলিঙ্গ অলঙ্কার ওইরে।

১৩। সমুচ্চয়—খাজৈশেংবা থবক্তী সাধক (পাওখোক্লহনব) লৈবা লৈনা মতু পাওখোক্লবগী মতেং পাংবা অতৈ পাওখোক্লহল্লা অমা তাক্পবু সমুচ্চয়ালঙ্কার কৌই। মতুদি শ্লোক ৩২

"রাজপত্নী যামবস্থ পৃথিবীপতি দিলীপমা।
মশামকপ্ন খপ্পরম্মী ভার্য্যা লৈব মীনি হায়না॥"

মসিদা—ভার্য্যা লৈবগী মরু ওইবা সাধক্তি সুদক্ষিণানি। মসি নত্তনা রাজলক্ষ্মী অমসুং পৃথিবী—সাধক অনি অসিসু তাক্লি—অদুনা সমুচ্চয় অলঙ্কার ওইরে।

১৪। অর্থান্তর ন্যাস—ধর্ম্ম মাল্লবদা ওইরবস্থ অমদি মান্নদবদা ওইরবস্থ সামান্য (General) না বিশেষ (Particular) বিশেষনা সামান্য সমর্থন তৌবা মফমদা অর্থান্তর ন্যাস অলঙ্কার কৌই। মতুদি শ্লোক ৭৯:— সুরভিবু খোংদবা সামান্য কারন্না নঙ্গী নীডবা থুংবা (নচা পোকপা) অথোইবা মহৈ অসি সমর্থন তৌদুনা থিংলে।

দ্রষ্টব্য:—অর্থালংকারগী মনুংদা সাদৃশ্যমূল (মাল্লবনা মপুং ওইবা) অলঙ্কারনা খ্বাইদগী অথোইবনি। মথাগী অলঙ্কার থরাসি কাউদনবগী ফোর মূলা (Formula) লিষ্ট অমনি।

থা গুম্বা মায়থোঙ—উপমা·· জাৎ মান্নদব পোৎ অনিগী তুলনা।
মায়খোঙমক্ থানি—রূপক—উপমেয়—উপমান খেন্নদবা।
মায়খোঙমক্ থা মান্নে—উৎপ্রেক্ষা·· উপমেয়বু উপমান ওইনা লৌবা।

থা মক্নি—অতিশয়োক্তি…উপমেয় ফুম্থ্রে, উপমান্তা লৈরে।

মায়থোঙ্গুম থা—প্রতীপ—অকাওব উপমানবু উপমেয় ওইনা লৌবা।

থাদগী হেন্না ফজব মায়থোঙ—ব্যতিরেক উপমান হন্থরে, উপমেয় হেন্‌গৎলে।

মায়থোঙলা! থারা।—সন্দেহ—উপমেয় অমসুং উপমান্দা মান্না চিংনবা।

মায়থোঙ নত্তে, থানি—অপহ্নুতি--উপমেয় লৌদনা উপমান লৌরে

মায়থোঙনি, থা নত্তে—নিশ্চয়—উপমান লৌদনা উপমেয় লৌবা।

লোইরবা



লেখকশী লাইরিক অতৈ অতৈ-

( মণিপুরী অনুবাদ )

মহাকবি ভাসগী নাটকশিং—

স্বপ্নবাসবদত্তম্

প্রতিমা-নাটকম্

কর্ণভারম্

ঊরুভঙ্গম্

প্রতিজ্ঞা-যৌগন্ধরায়ণম্

সঙ্গীতশাস্ত্র—

সঙ্গীত পারিজাত (অহোবল)

রাগবিবোধ (সোমনাথ)

পাতঞ্জল দর্শনম্

গোপালতাপনী শ্রুতি

---